# মণি পরেং

ইজবা
শ্রীসরাংথেম বরমণি সিংহ

ফংকম:-
কংলা বুক হাউস
লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল

মমল লুপা-৫

## য়াওফম তাকপা






অহৈবা মশানা ফোঙবা অমিসুব। থুংনব, নবেম্বর, ১৯৮৪ ইং

---

ছাপা নম্ফম– সোল প্রেস, শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই, ইম্ফাল

# মণি পরেং

## কোন্থৌজম লাইরেম্বী

মমাংদৈদা কোন্থৌজম শাগৈদা মাইপাক অমত্থুং মাইশাং কৌবা মচিন মনাও অনিথক লৈরম্মী। হৌজিক নিতাইপাং চুথেক হায়না খঙনরিবা ফকমসি মখোয়গী পোক্লফমনি হায়নৈ। মাইপাক্কি মপারি পোক্ত্রবম্ব মযোম অমা শাংলি, মমিংনা তম্ফালৈমা কৌই। মনাওমচুপা মাইশাংদি মপারি মযোম অমত্তা মম্রিংত্তা উবা ফংখিদে। মখোয়গী মাম্লা লৌশিং শিংবা মীরোল খঙবা হুই অমা লৈরম্মী। মহাক মীরোল থোক্ত্রবম্ব মীগুম্মা পাউখোল শীজিনবা য়াই হায়বদগী মাগী মমিংবু 'পাউজেল হুই' কৌনৈ। মবুং মৌপুবা লৈজত্রবা তম্ফালৈমনা শিংলবা তাউবা হুই অহুবু পোকলিম্নখ। মবুং মৌপুবগুম লুনা চাম্না তৌবনা হুইনম্থু তম্ফালৈমবু য়াম্না নীংতি মাবু ঙাহাক্তা থাদোক্তে, মানা চৎপা মফমদা মতুং ইন্নে। মাইপাক্কি কোন্থৌজম শাগৈনা থুম্লিংহুনা লৈবা কোন্থৌজম থুলদা লৌতাংহুনা লৈখি। মমা মপা অনিনা নবুক্তা লোরাং সুবা লৌ লিংবা চৎত্রিদৈঙদা তম্ফালৈমনা পাউজেল হুই পুরগা য়েন্নাংপোকপীদা য়েল্লাং হেক্লিদৈ মতমসিদা চিঙু লোংখৌ সোরারেল অরাং পাখং খোই রনবনা মালেম লৈকোয় পুংদগী চেংলো শকহেনবী চনু নিঙোল অমা তাংলোয়শিংদা চনগে চিংঙু রাখল তৌরহুনা মালেম থুংনা মীংয়েং তারকপদা ফনেক খোইদোং

শেংলিবী শওং শাদা ফজবী মপুং মরৈ ফারবী চেংলৌ মশক হেন্নবী কোন্থৌজম চনু তম্ফালৈম্বু উবদা পায়মা পুক্নিং খোয়ারুরবোই চিংঙু নিংথৌ সোরারেলদো লাঙ্জোংই শগোল অঙৌবা তেংলগা কুমথরক্কুনা নুরাগী মাঙদা লেপ্লরে। খোয়ুম চেংলৌ উবদা ইকায় থিবী নুবাদো মিংচাম্নবা ঙমদনা মালেম নৈদা ং রু লুক্কুনা লৈরে। নুজা ওইবী নহাকপু চনু নিঙোলনা, পলেম পন্থৌ বনাগী মসোম-নো কোলোয় মিংলেম্না করি কৌবগে হংলক্লবদা তম্ফালেমনা অপোকপা পুলেম পন্থৌগী কোলোয় মমিং তাক্কুনা কোন্থৌজম চনুনি ইমিংনা তম্ফালৈনা কৌই পাউথুমখ্রে। নুরাগী মপাউ তাবদা চেংলৌ মশক উবদা চিংঙু নোংথৌ সোরারেল মপু পায়মা উলগোই নুংদা থিল্লাং খোয়দারে, তালোয়শিংদা চল্লগে থল্লহন্না নুমিৎতুমদি নুরাগী মক্কমদা পুক্নিং রাদি অরোনবা থঙ্মোয় রাথল অরেপ্পা কাংথোক্কুনা য়াইফা পুংফম অফবা য়েংলগা নোংমা লাক্কুনা নুরা গাবু লৌরগে থল্লহুনা কোরৌ সবা নোং নিংথৌদা লাইরৈবাক্কা হনখি।

নোংমা নুমিৎ অমনা তম্ফালৈমনা নিংথৌদা তুরেন্দা লেমলৈ ঙা ফাহনা নৈবিঙৈদা চিংঙু নিংথৌ সোরারেলনা নুরাগী নাক্তা লাক্লগা নপাম লমদম থাদোকলো লাইরৈবাক্তা চৎলসি তালোয় শীংদা চল্লগে লুমলেন লাদা য়েক্লগে লাইরূপ লেন্দা চিন্দুনা লাইরেম্বীবু ওইজরো হায়রকপা লাইনিংথৌগী বাক্ত তাবদা লাইবক-কবী ইবেম্মা ইকায় নুংশি য়ান্নবনা পাউথুম পীবদি ঙমদনা নুরাগী খোংবীনা মালেম থক্তা তক্কুনা ইকায়বা থাঙজখি। লাইয়ামগী মবেম্মা ওইহনা অরাং অপা লৈতনা লাইরৈবক্তা নুংঙাইনা

পাল্লুগদবনি মপারি অহলনা চিংঙ্ ইহুৎ ইরেং শিন্দুনা লাইয়ামগী মথক্তা রায়েল থৌদা তৌগদবনি। লাইনিংথৌগী থেংগল ফংজো তাকপিরবদি ইপাখ য়ুমদা অশি অনা য়াওহনবিয়ু ইহু লমদা অরা অনা তাহনবিগনু পুন্সি নুংশাংনা পাহনবিয়ু হায়জবহু মযুক্তোনা য়াবিরহুনা খোয়ুম মাগী মঙমনা নোংলৈ মুংশিৎ ওইহনা মুজা মাবু কোয়ৌ নোংদোন থক্তা পুথৎখ্রে। মহু উবদা পাউজেল হুহনা খোংল খোংলহুনা লবুক লমহাং থুংনা কোয়না চেল্লগা পলেম পম্ফৌগী মনাক তাম্না লাক্লুনা কোয়ৌ থক্তা য়েংহনা কপ্পা কপ্পা খোংবহু উবদা মমা মপা অনিদো ওক্লুনা মথকলোমদা য়েংখৎপদা মচান্নুপী তম্ফাদৈগনা কোয়ৌ নোংদোল থক্তা পাইবগুম চৎখিবহু উবদা মচাগী মমিং কৌরহুনা নোং খোংবগুম কপলকলে। পলেম পম্ফৌ অনিনা মাবু কৌহুনা কপ্লহু তম্ফাদৈমা ইবেম্মা খুম্বা য়াদগা মতাং খোকখিবনা তানা তানা খুম্রখিদে উনা উনা কায়নখি। চিংঙ্ নোংথৌ সোয়ায়েলনা চহী তরাহুমদোইদা মপুং কারিবী তম্ফাদৈমবু পুখিবা নুমিৎসি কালেনগী তরামরিনি পানবা নিংথৌ-কাবনি হায়নৈ। তম্ফাদৈমনা লাইবৈবাক্তা সোয়ায়েলগী তাপোয় শীংদা চন্দুনা মুংঙাই য়াইবী ময়াং কায়মা প্যামখিবা মুমিৎতগী লাই-নিংথৌগী থৌজালনা মপাম কোম্ফৌকমদা অশি অনা খোকহেনদা মহু হাওরোক লমদমদা অরা অনা নংহন্দা পুন্সি নুংশাংনা পাল্লবনু হুরাবু পোকপা পলেম পম্ফৌ অনিদি অমত্তা পোকপী মমোমগী কায়বা মৈশা লাংবনা নোংমতবু হরাও মীনোক য়াকা ত দনা লৈরকপা চহী কুমজা ওল্লকলে। মতম অসিদা তম্ফাদৈমদি লাই-নিংথৌগী থৌজালনা খোইজি মিহুল লাংখিবা লোইদাম থাশিং

স্নরহনা সুংশিরবা মপারি অমা ফংজরে, কোলোয়না 'খোয়িফাবা নাউরা খোইদাং শিংপা' মিংথোন্নে। মশক মতৌ ফজরবা মপারিগী চেংলৌ মশক উবদা পলেম মমা তম্ফাদৈলেমাদো হয়াওবগী ঙসৈথে দৈলেখিদে। লাইয়ামস্থ হয়াওমরে মপারিবু লুনা চান্না তৌবিরকলে। সুংশিরবা মপারিবু চাউনবা নাউয়োক মাউকোনবদা তম্ফাদৈলেমদি মপামগী রাখল নোংমা নোংমগী কাউশিল্লকলে।

নোংমা মাইপাক্লা অচাথক য়াওবা পোৎয়োম অমা পাউজেল হূইগী মঙক্তা পুন্নগা মনাওহুপা মাইশাংগী নাক্তা থাখি। হূইনা পোৎয়োম অহু পুহনা কোন্থৌজম খুন্দগী লাকপদা লম্বীদা চাউরবা লিল অমনা কৈগাক ফৈনা থিংহুনা লৈরে। চাউরবা লিলহু উবদা হূইনা কদোমদা চৎসিগে হায়না ঙাইহাক রাখল তৌরিঙৈদা লিলনা হূইগী মঙক্তা পুন্নিবা পোৎয়োম অহু চাগদবগী হোৎনরকপদা মথোয় অনি মফমহুদা য়াম্না কম্না চিক্লরে। লিলনা চিকফম চাদনা চিকখিবদগী হূই অহু খুদক্তা শিরে। মুমিৎ তারক্লবা ফাওবদা পাউজেল হূই হল্লক্রুবদা মাইপাক সুংশা থীহুনা থিবা লাক্লে। লমলেন পাশোই শমহুনা লাকপদা উমং অমগী মনাক লম্বাগী মতাইদা যাগী হূইনা শিহুনা লৈরম্বহু উবদা মাইপাক মথরায় শোক্না নুংঙাইখিদে: সুংশিরবা পাউজেল হূই অহু মরেংবান্দা থোঙ তুনা মমুম তান্না পুরকলে। নো'ঙাল্লগা মচাগুম সুংশিজরবা পাউজেল হূহহু লময়াই কাইদা থিল্লগে খল্লহুনা শাবন য়াংবী থক্তা পুথোক্লগা শীং শেমহুনা পোৎলোইবগুম দৈ থারে। মৈজাও থাবগী থাম্বী মৈথুনা কোয়ৌ নোংমদোল তম্না কাখৎলক্লে। মতম অসিদা লাইরৈক্তা লৈরিবী তম্ফাদৈমনা মুপাম লমদমদগী

কারকপা খাম্বী মৈথুন্থ উবদা নুয়াগী পায়মা খুংদা লাংতক্লয়কলে, লিংজাইদনা লৈখোকপা ওইরম্লে। মাবু পোকপা মমা মপা কোন্থৌজম শাগৈগী কনাগুম্বা মরী মতা শিরমানে খল্লহুনা মথবায় বারে। ভস্কালৈমনা মবুঙোগী মাঙ্কা-লাক্লুনা হকংকলে। 'লাইনিংথৌ ইবুঙোনা ইপাম্ম য়ুমদা অশি অনা য়াওহল্লোই ইচু লমদা অরা অনা নংহল্লোই তাকাপথিবত্থ হসিদি অঙকপা থৌদোক ওইরে। শাবন য়াংবী থক্তা খাম্বী মৈজাউ থাহুনা পোৎলোইবগী খাম্বী মৈথুনা কোরৌ থক্তা কারক্লুনা তম্ব' নোংমদোন শারং শিল্লকলে। ইপাম লমদম অশি অনা য়াওরমানে ননাইগী পূক্লিং অসি খোয়-রা'লে, ল্যাইনিংথৌনা য়াথং পীবিয়ু লাইবক চাউবী মুজাদি ইপাম য়ুমদা কুম্লুগে ইচু লমদা মৌক্লগে মালেম লৈদা খোংদাবা য়ানবা সনাগী কৈরাক থাদবিয়ু, হায়না নুজানা হিয়া হিক্কা কপ্পুনা হায়জরক্লে। মশানৌগী মপাউ তাবদা লাইনিংথৌনা কপকনু নপাম য়ুমদা অশি অনা য়াওদে পাউজেল হূই শিবগী শাবন য়াংবীদা খাম্বী মৈজাউ থাবনি হায়বন্থ ভস্কালৈমনা থাজখিদে। ইপাম য়ুমদা কুমদবা ইচু নাক্তা য়োদবা চহী কুমজা হেল্লকলে। ইপামদা কনাম্বু অশি অনা য়াওরমত্রবদি তম্মা অমুক লাকচগে। অম্বুম্মা ভস্কা-লৈমনা মথবায় বাবদগী পলেম মমা কৌনা ভেংথাব পম্থৌ মপা কৌনা কপলক্লবদা লাইনিংথৌনা হায়রকই — 'ইশানৌ নংনা নপাম কোন্থৌজম লমদা কূমগে হায়রবদি থরাই থোঙ্গাল চংলুগনু, তরা চাকমাং চ'রুগনু, চরৈ ফিমন শেৎলুগনু, নপা নপুশিংগা শোক্না শমরুগনু। করিগুম্বা মখোয়গা শোক্না পম্মহুনা তরা চাকমাং চারুম্মবা চরৈ ফিবন শেৎলুরবদি লাইক্লপ লেপ্পা অমুক তিনবা

য়াম্মোই মপারি খোরিফাবনু নাউশুমদ নীংখিনা শুমহুনা থনম্মু। নপারিনা ভুমখুন্দ হুম্লিজৈদা বাংলেন পুংঙোই ফাদনা তম্না হল্লকই তাকপিরক্লবদা তম্ফাইলেমনা মপারি খোরিফাবনু নাউশুমদা শুমলা পারি ইরুঙো মু'শিবা খোমলেন শাংনা য়াতারম্মু ইমাদি ইপাম লময়দা কুম্ললুখিগে পাওমেনরকই।

লাইনিংথৌ সোরারেলগী য়াথং লৌরগা তম্ফাইলেমনা মবুঙোনা থাবরিবা সনাগী কৈরাক্তা কুমথরক্লুনা মপাম হাওরোক কোম্মৌজম য়োরে। থোঙাল বাংমদা লেপ্তুনা পলেম মমা শম্মোং হুইয়ু-লৈবা কৌথোরক্লগা হংবনা তাওবগ মী শিবা ওইরমগ্রে প উজেল হুই শিবগী থাম্মী মৈজাউ থাহুনা পোংলোইবনি থঙলবদা পলেম পম্মৌ অমিগা পুকমেন পাওমেমরগা থুনা য়াংনা হনগে থল্লকলে। শিগ্রে থম্মুনা রারম্বা মচানুপীগী মশক্কু উবদা মমা মপা অনিহু চক্লপদা থেংথ্রে, মুংঙাইমনাখিবনা মমিৎতা শিরাং শিন্থবা থঙখিগ্রে। মচানুপীদো অম্বুক বুইবা মতমসি লমলেন কৈদা লৈক্লবগে হংলক্ল-বদা তম্ফাইলেমনা লাইনিংথৌ সোরারেলগী তালোয়মীংদা চম্মুনা নঙ অমা ফংজরে হায়রবা মমোমগী রাহু তাবদা মমা মপা অনিদো হয়াওবগী ওমথে লৈখিগ্রে। ইচানা হন্দক লাকপা অসিবগী অমুক হন্না লাকপা ওমগনি ওমলোই থঙদে। অহুনা ইমা ইচা ঐখোয় অহুম তরা চানিমথিসি অহীং অসিমা লেক্লপা নোংঙাম্লগা চংলু হায়রবহু তম্ফাইলেমনা নঙ নাউবা খোরিফাবা নাউশুমদা শুমহুনা থনম্মী। নঙনা মীকপ থোরক্লিজৈদা হন্নগে, নোংমা লাইনিং-থৌগী য়াথং লৌরগা নঙ পুহনা লাকে হায়রকলে। পোংলোইবগী থাম্বী মৈথু উবদা ইপাম লময়দ অপি অম. য়াওরম্নানে থম্মুনা

লাকপনি। ইশাখগী চাকম্নাং চারকপু, শাগে নাতেগা শোক্লা প্রমক্লহ লাইরূপ লেন্দা তিনবা মাবোই হায়নহ্নু লাইনিংথৌনা তাকপিরকই। মচাগী বাহু তারগা পসেন মমা ওইথৌনা থেমহুনা হায়রকই, 'ইখাগী লাংলেন ইবেম্মা। ইমা ইচা উন্নদবা চহী কুমজা হেল্লকলে। নপারি শুম্নম্মী খোমলেম মীকপ থোক্তি হৈদা হনগে খল্লবহু ইখাগা তন্না চাক চথোম অমতংদি চামিল্লখিসি। মবুঙোদা য়েংলকপদা উদনবা নপাবু চংবী লাতোন তরেং চরৈ ফিরোন তরেং খল্লহনগে। মহু ওইরবদি থোয়ুম লাই কনানহু ইমোমবু উবা ফংলোই'। মমানা হায়বা বাহু তম্ফাশৈমনা হিক্তোকপা ওমম্রে। মপানা শুমাংদা চংবী লাতোন তরেং চরৈ ফিরোন তরেং থল্লিবহুগী মনুংদা তম্ফাশৈমনা চঙহুনা লৈরে। মথোয়না থৌরাং তৌরিবা পুম্নমক্কু চিংডু নোংথৌ মোরাবেলনা উরে। তম্ফাশৈমনা মথানা থোংবা তন্না চাক য়েঙ্গাং অহু চাগদবগী মথুং থাজংলকপদা লাইমিংথৌনা ভুকচৈদা হায়না মতিল শিংথ-রকপহু তম্ফাশৈমগী থুদাংদা তাবদা মবুঙোনা উরমানে থল্লহনা মথুংতা পায়রিবা তন্না চাক য়েঙ্গাং অহু থাদরে। মবুঙো শাউদনা তাবে থল্লহুনা মুংশা থীবগা লোয়ননা মপান থোরকপা মতমদা মানা কুমথরকপা সনাগী কৈরাক অহু মোরাবেম্মা চিংথংম্রে। মপারি কায়নবগী বাবনে, মবুঙোন ইহৌকপগী সুংতাইতবনে তম্ফা-শৈমা ইবেম্মা হিক্লা হিক্লা কপচখি। মমা মপা অনিনা কয়গহু ফায়না থেম্নকহু কয় তোকখিদে। হুমিং অহুমগী হৌনা মপানা শাখিরা থুমা অংনবা অহুদা তম্ফাশৈমা মত্তোমদা লৈখি।

অনোমদা থোরিবাকনা ভুমলুবদগী মীকপ থোমক্লহুনা তন্না

খোঙ্গাং লাম্বদগী পলেম মমা কৌহুনা কপলকলে। লাইয়াম্না খেম্না হৌনবমখৈ খেম্বদা কপ্পা লেপলক্লবদা লৈমা লৈনাউ তাবীনা লৈশং খেকল্লাইবা পীহুনা নাউখেম্বদা তাউবা হুইমৈ মানবা লৈরাং অহুবু নাউবাগী থুংনা পাম্বদা কপ্পা তোক্লুনা লোকই। ঙাইহাক লৈরগা মমা মুংশিরক্লুনা মমা কৌরগা কপলকই। মমাগী মশক উত্রবদা তরা চাউ থকউ য়াবক্লবদা লাইয়ামদে। মুংশা থৌরকলে। কোরৌ লাইনা খেমবদা অঙাং কপ্পা তোক্লদা মালেম লাইনা খেম্বলম্থ তোকউ য়ারক্লবদা লাইয়াম্না তাইবঙ পুমমক্কী মমা শক্লবী লৈমরেন্দা হায়জরুরে। পলেম শকলোন পুথিবী অচি তংতবী ইমা অরাই কংদবী লৈমরেমা পলেমগী মশক লৌরগা মতমপাক্তা খোরিফাববু পম্লগা থুংশা তরানা নানবিহুনা হয়ি-হয়ি হয়ুম-হয়ুম হয়া হয়া হায়বা নাউখেমলোন তকক্লা খেম্বদা কপ্পা তোক্লুনা মশাগী শমু থুবিহু চুপ্পুনা নোক্লুনা লৈখি। মুমিৎ অসিদগী লাইয়াম্না খোরিফাববু চাউনবা য়োকখি। অম্মুম্না নোংমা নোংমগী চাউশিল্লকপনা খোইরিফাবা চেল চোংহুনা শামবা ঙম্মকলে।

নোংমদি শামান লেংমাম্নবা মমাম্নবশিংগা শামগদবগী কাংথে পায়হুনা থোরকলে। শাংবা লেপত্তম কাত্রিবা শামা পাকল চাউত্রিবা খোরিফাবনা লমহাংদা মমামংশিংগা শামক্লরগা বারহুনা পোথাবা মতম য়োশিল্লক্লবদা মমাম্নবা অতৈগীদি পলেম মমা ওইবীশিংনা তরা চয়োম পুরক্লুনা চরা বাল্লগা মমাগী মাঙ থাহুনা চংখি। মহু উবদা খোরিফাবদি থম্মোয় শোক্লা মুংঙাইখিত্রবোই, মিৎলুদা তরং লাইজ ঔহৌরকলে। ঐগীসু অপোকপী পলেম ইমা লৈরম্নবদি ঐবুস্থু কৌবা লাক্লমগদবনি, পুক্লপা তরা চয়োমহু পুক থম্না চাবা

ফংগদবনি। অসি থল্লহনা খোইরিক্কাবনা মপা লোয়াম্বেনগী নাক্তা চেল্লকুনা অপোকপী পলেম মমাগী লৈকম চংজকলে। পিল্লা পলেম শেংনবনা ইমাগী চেংলৌ মুংশিবা শকথংদে। পলেম নাক্তা চংতুনা ইমাগী চেংলৌ য়েংলুগে হায়না মপাল্লিনা কপ্পুনা হাল্লক-ল্লকলে। লাইনিংথৌনা নাউল্লা পাঙ্গল শোল্লি শামা পাজ্জল্ল চাউল্লগা ইপানা নমাগী লৈকম তাকপিগে মতমহুদা নমাগী নাক্তা চংলু হায়ববু তিম্বোক য়াংদৌ চোংবগুম মালেম লৈদা ওল্ল খোইনা কপ্পুনা ইপা ইবুঙো ঐনা ইমাগী মশক উনিংলিবা অজিগুম্না ইমানল্ল মচা ঐবু উনিংলমগনি। ঐনা পম্বোগী নাক্তা অহুম লৈথোক্লবদি মচাগী ল্লাথলদা অপোকপী ইমাদো তুমফম-চাফম থংদনা কপ্পুনা শিবা ঙাইহনা লৈরল্লগনি। পলেমগী নাক্তা য়োল্লগা তম্না চাকম্নাং চাজল্লোই পলেমগী খোম্লাং থকচল্লোই পম্বোগী নাক্তা তম্না অমুক হল্লকে। মচাগী ল্লাহ্ল তাবদা থাম্বা য়াল্লল্লোই থংলহনা লাইনিং-থৌনা, পারি ইবুঙো মুংশিবা মালেম লৈদা কুমহনা নমাগী নাক্তা চংপদা চিংগু লাইয়াম ফংতবা নমু তাইবং কয়া থেংনগনি। পারি নহাক্না পাথুং শল্লেপ ফাহনা শামা পাঙ্গল চাউল্লিবনিনা নহাকী নতেং ওইনবা ইপানা কাংজৈ কাংহ হুই থাদবা হিংজন অমা পীগে। মসি পাল্লহনা চংলবদি নহাকপু লম্বাদা কনানম্ব লাকচবা ওয়লোই। কনাগুম্বা ফত্তবা মী লাইনা নংবু ফাগে মুগে তোল্লক্লবদা কাংজৈ কাংহ অহু ননাক্তা মুংলগা ইপা ল্লাওল্লি হায়না নপুঙ্গিংদা থল্লু। অম্না মচা খোইরিক্কাবদা পুংমেন পাওমেম্নবিল্লগা লাইনিং-থৌনা সনাগী কৈল্লাক থাজহনা মমাগী নাক্তা থাল্লি।

খোইরিক্কাবনা মপানা পীবা য়াইওইবা কাংজৈ কাংহ অম

পায়থনা কুমথরকপনা শুপন্থুগী ইরাইডা চীংখোংদা থুংলে, মুমিং অমি লাংবল থাগী হৌবনি পানবা থাংজনি। হায়রিবা মুমিং অসিদা য়াঙ্গোই নিংথৌনা য়াথোকপা মুমিং থোকপনা কিনহুনা মী. পা. উচেক কনা অমত্তা মপান থোক্লদে। কনাগুম্বা লমহেনবনা মপান থোরবন্থু মাগী লোঙশা মাপল লোঙবা লোঙনা থিন্দুনা হাংলি। অসিগুম্বা কিনরবা মুমিং অসিদা খোইরিফাবনা মমা থিবা লাকলদা য়াঙ্গোই নিংথৌনা লৈরিবা লমহু য়ৌরকলে। য়াঙ্গোই নিংথৌনা মথুক্তা লোঙ পায়হুনা উচান পান্বীদা গাহুনা লৈরিঙৈদা খোইরিফাবনা চঙলক্লুনা মমাগী লৈফম হংলরে। য়াঙ্গোই নিংথৌনা শাউহুনা কাগে তৌরক্লবদা কাংজৈ কাংহু হাই-হাইহুনা চেল্লকপনা থুরাই লাকপা পল য়ৌরক্লে। খোইরিফাবনা থুরাইলাকপা চীং কাথৎ-লকপদা মতুংদা হাংকদবগী তানরকলিবা য়াঙ্গোই নিংথৌনা লোঙ লংলকপহু উবদা মপানা পীরকপা কাংজৈ কাংহু অহু মনাক্তা য়ুংলগা মরুমদা থুপ্পুনা লৈরে। য়াইওইবা কাংজৈ কাংহুনা শিংহুনা থম্বনা লোঙ হাইজিল্লকপা ওয়দহুনা চীংয়াদা চাক্তাজবা লাইরেন্দা লোঙনা লেংহুনা থুদক্তা লাইরেলহু শিরে। খোইরিফাবনা লোঙ অহু শংলগা য়াঙ্গোই নিংথৌ তম্না হল্লকপদা লোঙনা পান্দুনা য়াঙ্গোই নিংথৌ শিরে ঈতনা ঈখোং চেল্লে। মহু উবদা খোইরি-ফাবনা ঐগীদমক্তা ইহুৎ শিন্দুনা য়াইবী মাংবা তুৰী নংদি হিংগৎলো হায়রক্লবদা থুদক্তা লাইরেন্দু হিংহুনা চংথি।

অসিদগী খোইরিফাবনা লেপ্পনা অম্বুম লাকপনা ফোইজিং চীংখোং য়ৌরকলে। চীংখোংদা চেল্লিবা ছুরেলগী খোংম্বুংদা কক্রুম্বী অমম্বুং এলাংবী কৌবী হম্বুবী অনিথক ইল চিংহুনা

লৈরম্মী। খোইরিফাবনা পলেম মানবী ইমাখোয়। ঐবু তুরেল অদি লাম্বোকপিয়ু হায়জববু এল্লাংবীনা ঙা য়াম্না লকপি ইলপোল কাংবা ঙক্লোই হায়দুনা য়াজে। ওকক্রশীনা লুংশিন্দুনা খোইরি-ফাবমু হিদা হাপ্তুনা তুরেল লাম্বোকপিরে, কোম্বোজম তাবা লম্বীদু তাকপিরে। মতুদা মথরায় লুংঙাইরতুনা খোইরিফাবনা ওকক্রশীদা ইমা নংদি লেমটৈ ঙায়াম ফাজৌ হায়রবদা ওকক্রশীদি ইল চিংবদা ঙা য়াম্না ফারে, এলাংশীদি ঙা অমত্তা কাদতুনা শাউনা ময়ুমদা হুনখি। অদিদগী খোইরিফাবনা লাইরেনজম তাম্না লাকপদা লমথাংদা পাথং-বগা থেংনদুনা মাগী চিরোংদা থেংলিবা রাকী চোম্নাং অহু শংলগা লংলকই। খোইরিফাবনা কাংজৈ কাংহু অহু মমাঙদা থম্লগা মকমদা থুপ্তুনা লৈবদা রাকী চোম্নাংনা মঙোন্দা পানবা ঙমদতুনা লৈবাক্তা তাখিবা মফম অহুদা রা পাম্বী ওইনা হোৌরকই। রা পোকখি হায়বগী মফম অহুবু রাপোকপী কৌনখি। মানা অহুম লেপ্তুনা লাকপনা লাইরেনজম খুলয়াইদা লৈবা অহুল ওইরবা তোম্রোম্বুগী ময়ুমদা চঙলক্তুনা হা পম্বো ইপাও। ঐবু থরা ঈরুজ-খোকপিয়ু হায়রবদা তোম্রানু অহলনা পুলদগী ঈশিং কৈথতুনা পেংনা ঈরুজখোকপিরে। মফিমা খোইরিফাবগী অচোৎনা মশাহু পায়দুনা তৈথোকপিবদা খুদক্তা তোম্রাম্বু হম্রুবদো নহা ওম্লে, পাথং ওইরে হম্রুবীনা য়েংবদা মপূরোইবনি হায়বা মশক থংজে। অদিদগী খোইরিফাবনা চঙশিল্লক্তুনা হম্রুবী অতুদা শম হাংপিয়ু হায়রবদা হম্রুবীনা শমজেংনা মশম হাংলুবদা খুদক্তা মাম্মু লৈশাবী ওম্লে। হম্রুবা হম্রুবী অনিদো পাথং লৈশাবী ওইরবদা হম্নাওরে, মখিৎতা মচা ঊরক্লবা অনিদো নৌনা য়ুম্বানন্দুনা মপাম্রি মমোম পেংক্তুনা হুংঙাই য়াইফনা পানখি।

খোইরিফাবদি লেপ্তুনা মফাগী লৈকম হংলে হংলহুনা লাকপদা ইরেংবম য়োয়কলে। ইরেংবমগী থুম্লক্তা মথং কোর কোরহুনা চেল্লকপদু ভম্ফালৈরনা তাবদা মচাগী মখোল মাল্লি থল্লহুনা খোঙাম্দা খোরক্লগা মচানা কৌরিবা মায়কৈ অদোমদা চেল্লক্লে। মপারি খোইরিফাবা ওইরম্লবদা ভম্ফালৈম্মা ইবেম্মা চেনশিল্লক্লুনা য়ুংশিরবা মপারিবু চেৎনা কোল্লগা মরাইবাক্তা হম্মা হম্মা চুম্লক্লে। অপোকপী মমা উরবদা খোইরিফাবা মথরায় লুংঙাইরে, অদুবু মমানা চৎলসি ইমাগা লৈমিন্নরুসি হায়বদি য়াখিদে। "পলেম ইমা ইবেম্মা। মিৎনা উবা লম কোইজিং চৌংদা নপারি লৈগে পঙ্গো নাক্তা চৎলরোই। ইমা ইচা লৈমিন্নরবস্থ শক্লা শক্লা উনসি, মিৎকা মিৎকা য়েংনসি, খোলগা খোলগা তাম্নসি।" অসি হায়হুনা খোইরিফাবা কোইজিং চৌংদা লৈখি। মমা মচা উনবা মফম অদু হৌজিকস্থ ইরেংবম খুলদা লাইশঙ শাহুনা থমলি। লাইরমলেন্দা লৈরুরবী লাইরুপ লেন্দা ভিল্লুরবী ভম্ফালৈমবু কোঙ্গোজম শাগৈদা মখোয়গী লাইরেম্বী হায়না খুমখোং খুদিংগী চেং, মনা-মশীং হৈয়া থাম্বরগা থাগী শরুক তমহুনা উরাংনখি। মতৈথংদা "কোঙ্গো জম লাইরেম্বী হায়না মমাঙ্গা থঙনখি। কোঙ্গোজম লাইরেম্বী হরাওবা মতমদা হরাওবগী মীখোল অদু কনা য়ারা লাপ্লিবা কোইজিং চৌংদা লৈরিবা খোইরিফাবগী লাইশঙ ময়াদা ইরাউ লাউনা তাবঙম খোইরিফাবা হরাওবা মতমদু হরাওবগী মীখোলদু কোঙ্গোজম লাইরেম্বীগী লাইশঙ ময়াদা তাবা ফংই হায়নরি।

# শঙাইপরো

মুত্যাং ফাংদৈ হায়রগী মচাম্মী অমং নোংলাংলেম্বীনা হৌজিক থুনিংগী হাওক্তু ভাজম্বা শোয়দা ভা.ত্তিকপ্পা চংখি। মুংবাব মাথক্তু শুথং অমনা শ্লোয়দা মু থুমহনা ভা.কায়। মাঙ্কা কাবা ভা অম্হু ঙ্গোবগা থোক্লি। অমুম্মা ভা লৌথোক লৌশিন ঙৌবগা মথোক্ত শনি মুংশিন্নরে। নোংমদি তরং নোংলাংলেম্বীনা ভা ঙ্গোবা মাকপদা লুদা ভা চঙ্কমুদ্রে। ভা চঙলকখিদ্রা হায়না মু ক্যাইবা ভাইহনা লৈরে। অম্মুম্মা মাঙী শাহনা লৈরিবৈদা মুমিং ভাথোকখ্রে। মানা মমমদা ভা পুহনা হন্নকপা মতমদা মপানা মাঙা লৈবিরে; শোয়দা ভা লৌবা চংলগমু হায়নম্মু খিংলে। মুমিং অহুনবী হৌনা মথোয় অনি তোয়না ঊনবা কংখিদ্রে।

মতম খয় লৈরগা মথোয় অনি তেম্মোংমান্না ঊনসি হায়না মুমিং থানরে। মুমিং অহু মপাবি মুংবাক হাওকু পাথংদি শা-কানবা চংখিহনা লাক্লে। তরং নোংলাংলেম্বীনা মপাবি লাকখ্রা হায়না ভাইবদা গুমিং তাথোকখ্রে। মপা কিরদগী মহাক মমমদা হনখ্রে। ঙ্কোয়ৌ নোংময়দোল ঙ্গোয়গে থমহনা অমাংবা চৌং ভম্বা কাখৎলক্কে। হৈয়াং মরু হনখিবা তাউজিং মখি ঙমহনা লোইদাম থাখিং গুরুক-লবী ইবেম্মদো মথোঙ থাংবা মায়রক্তু চৌংদোল লোয়বা ঙমহনা পাথেল ঊরুমদা পোথাহনা লৈরিবৈত্তা থংবোদনা মপাবি অমা কংজরে। পোকপদা ভায়রিবা মপাবিগী মিংলেম্বু খোইবেন নহা শাকবা থোরে। মপাবি নাওবা পুরগা তরং নোংলাংলেম্বী ইকায়-ইকি লাংবা লায়া মপাগী মাঙা হন্নক্কে। মপাবি কাংদোন ফানবা শাবা পাজল চাউনবা য়োক্তুনা লৈখ্রে।

মতম অদিদা লুবাং গুরু পুনশিবনা লুবাংগী নিংথৌ ওইদুনা মবাংশাংবদা পাল্লম্মী। মহাক্কী মবাম্বা লুবাং পুস্তাংলোই হায়বা মিচু অক্কল ওইরদুনক মখিৎ উরমদে, মনা তারমদে। মোংবা মানী মপুংশু শংতাইনা পৈম্না শিরম্মী। শংতাইকী মঘা অথৌবনদি শিদনা মকম্না পৈম্না শিবদা খৌদে হাইদুনা চৈরম্মী। মাগী মতৌচু উবদা লুবাং পাখংশিংনা করেমদুনা নোক্কম্মী। মমামগী মমাংদা ইকায়-খুমগী লুবাং পুস্তাংলোইনা মাগী মুপী লাইরৌবেখীদা মচাদুগা পেম্বা মীওববু শিমরক্লগা শচাই কৌবা শা অচু ওন্দুনা চংখি। মতম অচু ঈপালথা ওইদুনা লুবাং-ঈ ভুমেল চাউদুনা মুম-কৈ মাঙ্গা থুমরম্মী। লুবাং গুরু পুনশিবনা ঈশিং চাউবা মেংগে খন্দুনা খোরকপদা ভৌবা উচি মতৌ মনাওনা শিংনাং অমা কোক্লগা পাক্লবা ঈশিং ঈয়ায়দা লাক্লম্মী। মচু উবদা লুবাং গুরুনা ভৌবা উচি মতৌ মনাওদা নথোয়না ফোংলিবচু কন্নিমে হংলকই। ঈশিং ঈয়াইদা ঈরাংক্লগা কৌশিং কৌবাং কোকবদা শিংবা ভাবে খন্দুনা বারম্বা থবানা হিঃ হিঃ নোকই হায়বগী হি কৌনৈ। ঐখোয়না ফোংলিবা অসিমু হিনি হায়রকই। ভৌবা উচি মতৌ মনাওগী রাচু লুবাং গুরু পুনশিবনা মপুক্কিংদা চুম্মী খনখি। মানা লুবাং মীয়ামদা হি শানবা উনিংথৌ মাঙ্গুচো হায়না য়াথং পীখি। লুবাং মীয়ামনা থুংলাক্ক পায়দুনা ঈচেল চীংদা উনিংথৌ মানবা চংখি।

পাউ অসি তাবদা তরং নোংলাংলেপীনা মচানা ওনবা উনিংথৌ অচু মানবিগনু হায়না লুবাং গুরুদা হায়জখি। লুবাং গুরুনা তরং নোংলাংলেম্বীগা লোয়ননা ঈচেল চীং তম্না লাকই। মথোয় অনিনা পুংলবা মতমদদি উনিংথৌ অচু শিংজংনা মানবদা চৎথে হায়দুনা লুবাং মবাম্বা মক্ল মাওনা মুক্তোক্লমলে। মচানা

খুনুবা উনিংথৌ অহু কোন্দুনা যথানা তেংথানা কপচখি। উনিংথৌ অহু লুবাং মীয়ামা চিংহুনা লুবাং গুরুগী লৈকম তামা পুরকলে। খুন্দগী লুবাংগী খুংহৈরশিংনা উনিংথৌ অহু ককথত্না হি শারে।

হি শাবা লোইরবদা কনানা হি অমি যামা তোংগদ্রে পুরকক্লে। মী অতৈনা তোংজিনৈদনা শাগৈগী পিবা অহনবু যাম্না তোংহনসি হায়না লেপ্লরহুনা লুবাং গুরুনা মনাই ময়ামগা লোয়ননা ময়াম্না ওনখিবা শঙাই অহু থিবা হৌরক্লে। মীয়াম্না অশোঙবা নারক শিংলক্তা চৎপদা লগী থঙনবা হায়হনা লুবাং গুরুনা যাতোন্দা কি পুন্নগা মাঙ থাই। শেন্না মীঙম্নু মীয়ামগী মতুংদা লাপ্পা ইরখি। শঙাই অহুনা মীয়ামগী মীথোল তাবদা কিহুনা চেল্লি। মপানা ওনবা শঙাইনি থঙদবদগী শেন্দা মীঙম্না তা লংই। তানা পান্দুনা শঙাই অহু ডুবে। শঙাই অহুনা মচানি হায়বা থঙদবদগী চৈরকই। লুবাং গুরুনা চেনশিন্দুনা নচাহুপা শেন্না মীঙম্নি তাকখি। ময়াম্না ওনবা শঙাই অহু মমুংদা পুরক্কুনা লুবাং গুরুনা লাইয়েংবদগী হিংলে। শঙাই কাবা মফম অমুবু 'শঙাই ফারো' হায়বদগী 'শঙাইপরৌ' কৌশখি। লাইগী পিবানা ওনবা শঙাই অহু হিক্রবাক্তা হাপ্লগা লুবাং ক্যাংবুনা ঈরায়দা হি অহু হোন্দুনা চংলিবহু উবদা মীয়াম থে'রক্কুনা কাঁরনৌ হায়না ঙক্কা য়েংশখি। মৈক্তৈ নিংথৌ থোয়াম্বাবু খুমন নিংথৌ পুনশিবনা লোয়না হাংনবা হোংনবহু থংলক্কুনা খুমনগী অকনবা কাকপা লৈতোল পাম্বগী মকোক কক্লগা মৈতৈনা হিয়াঙমা হাপ্পুনা পুরকই। মুমিং অহুদগী হৌবা নিংথৌগী হিয়াং হিয়েলগী হিক্রবাক্তা লুবাং পুতাংলোইনা ওনবা শঙাইগী মকোক অহুগা হিনাউদনা খুমন কাকপা লৈতোল পাম্বগী মকোক শারগা হাপ্লখি।

# লৈমা য়েংলিঙৈদা খুন্নু কাই

থাঙয়ি তাউবুং খোঙদোবনা চেংলৈগী নিংথৌ ওইহনা শগোলবন্দা পাল্লম্মী। মহাক্না লুরাং শুকগী মচানুগী মশক মতৌ চঙখোনবী ইরেম তোইবী লৈমা লৌই। মী পুম্নমক্না ইরেম তোইবী লৈমবু উবদা ফজৈ শোন্দবা নিংথিজৈ হ.য়দবা য়াঙদে। মী ময়াম্না মাবু ফজৈ ঙাঙনবা পাউসি তাবদা মহাক মথবায় মুঙাইরম্মী। মশক ফজৈ হায়না থাগৎপদা হয়াঙদবা মুপী অতাংবনি। ইরেম তোইবী লৈমদি মপুক্নিংদা নাপল অমম্থু কাররম্মী। শক ফজবসি ঐ মঙাইবে হায়বা মতাগুম মহাক্না মুপী অতৈবু হন্থনা য়েংবদা নঙনা অথিবা উরগা মোক্লরম্মী। নিংথৌনম্থু মাবু থোইদোক হেন্দোক্না লুনা চান্না থম্বনা কেথোক মৌথোক্না মনিং মথা তম্না লৈরম্মী। লৈমা নিংথৌ অনি অসি পুকচেল থোয়জেল তিম্বনা পাম্বগা পাথং অহনবা অমম্থুং মুনাউয়োই য়াঙ্গৈমম্না কৌবা মচ মুপা অনিথক পোক্লম্মী।

মপারি অনি অসিনা কাংদোং ফারক্লবদা ইরেম তোইবী লৈমদি থংবোদনা লাইথুং থুংলম্মী। 'শক ফজৈ হায়ম্বনা নাপল তৌক্লগম্মু, লাইথোক অমুক্তা লোইবনি' হায়বা মৈতৈ পাউরৌ অদু মঙোন্দা চপ চানা থোকখি। থাগী মায়থোংদা অমুবা মারহিং কাবদি ফজবা হেনগংলি অদুবু ইরেম তোইবী লৈমগী লাইথুং পকপা মায়থোং উবদি কিবদা নঙনা হঙ্গোইবা পোক্লম্মী। নিং.থৌনা মাবু তোঙাম্না থমজ্রে, মনাক নকখিদে, মাবু ঙাক শেন্দুনা

লৈরম্বা মনাই মশল ফাওবা মাগা উনগনি থনবদা কিদুনা লোৎনখ্রে। মনাক্তা কনাম্ব চত্তবিদ্রে। মামা পোকপা মচা ফাওবা লাইথুং লৌরক্কনি কিবদগী মনাক নকহনখিদ্রে। শুমথীরবা লাইথুং অসিগী থনবদা ইরেম তোইবী লৈমদি মতম পুম্নমক্তা কপ্তনা লৈখ্রে, তুম্বা চাবা নিংখিদ্রে। মী পুম্নমক্তা হঙোইনরবা ইরেম তোইবী লৈমবু মতম থবদং মপামদা লায়েংনবগী দমক্তা থাঙগি তাউবুং খোঙদোবনা মপা লুরাং গুরুগী মনাক্তা থিনবিখি।

লুরাং গুরু পুনশিবনা মচানুপীগী লাইথুং অদু কোরবা মাইবা মাইবী কৌদুনা লায়েংহল্লি। মাইবা মাইবীনা ঈরাং চবান থাদুনা লায়েংবদা লাইথুং কোকপা শুমখিদে। মমৈথংদা মচানুপী পুরগা ঈচেল অমদা লুপহনখি। হায়রিবা ঈরেল অদুদা হেক লুপ্পদা মশাদা পকপা লাইথুং পুম্নমক কোবই হায়দুনা ঈরেল অদুগী মমিংবু 'তোইবী লৈমা ঈরেল' হায়না থোনখি। হায়রিবা ঈরেল অসি লোইহাং খুলগী খুল্লক্তা চেল্লিবা লুরাং ঈ তুরেনগী ইরৌন্দা কামেং অমস্তুং লমদেং খুল অনিগী তাইনবা মফমদনি। লাইথুং কোরবা মতুংদদি ইরেম তাইবী লৈমা অসি নোংমদ-নোংমগী ফজবা হেন্জং-লক্লে। ইরেম তোইবী লৈমগী হৌখিবা ৱারী খঙদবা কনাগুম্বনা মাবু উরবদি মৌনি হায়বা ওম্লোই। লিম্না মকু হুরগা অমুক ইনৌ নৌবগুম, লাইথুং কোকগ্রবদা কান্নগী লৈশারিঙৈদা ফজরম্বা শকফম অদু হনজিলে। ইরেম তোইবী লৈমদি হৌখিবা অরাবা পুম্নমক কাউখ্রে। মশাবি থাঙগি তাউবুং খোঙদোবনা কৌরক্সিবমথৈ চংলরোই থন্দুনা মপা লুরাং গুরুগী মনাক্তা নিঙোল অমগুম্না সুঙাইনা লৈখ্রে।

---

লোংমা থাঙথি তাউবুং থোঙদোৱনা মনাই শোইঙারাবা পুরগা হি তোংহুনা শা তানবা চংলি। নুমিৎ অহু শা অমত্তা ফংদত্রনা হল্লকপদা লমথাংদ খুন্নু অমথক কারম্মী। শোইঙারাবনা খুনু অহু পুরগা লুবাং গুরুগী মযুমদা থৈ লৌবা চঙলকই। মানা থৈ হৌ-গত্রনা গুমাং মতোম্দা খুম্বু লৌরিঙৈদা ইরেম তোইবী লৈমনা ঈশিং শোকপা থোরকই। মশক মতৌ ফজবী নুপী অহু উবদা শোইঙারাবদি মমিৎ বুপ্তনা য়েংহুনা লৈরে। ইরেম তোইবী লৈমনা শোইঙারাববু মশক খঙ্গলবস্থ মখোয়না মবুঙোদা ইনাশিম-বনা মানা মপাম য়োরকপনি খল্লুবদা শাউহুনা কৌখিদে। শোইঙারাবদি কাউগ্রে ইরেম তোইবী লৈমবু মশক খঙখিদে। মবেম্মগা মশক মতৌ মান্নবী নুপী অনি লুবাং গুরুগী মচাচপী লৈমা অতোপ্পী ওইরমানে নিংখি। নিঙোল অসিহুম মবুঙোগী তালোয় অতোপ্পী ওইহনগে হায়না মপুক্লিংদা খন্দুনা মমিৎ বুপ্তবমথৈ য়েংহুনা লৈ। ইরেম তোইবী লৈমস্থ মাগী মশক মতৌ ফজরকপগু উংতুম উংকে মবুঙোদা ভমজরুসন্নু হায়বগী মতাগুম শোইঙারাবগী মমাঙদা হঙ্গং-হন্দা চংলি। মশক মতৌ ফজরবী নুপী অদুনা মমাঙদা হঙ্গংহন্দা চংলিবহু য়েংবদা মুনথিদুনা শোইঙারাবদি খাপ্পী থৈদা খুন্নু লৌরি হায়বত্র কাউগ্রে। থৈনা চাকপগী অকাবা মনম কাওরক্লবদা খুহু লৌরি নীংশিংলক্কুনা য়েলুবদদি থৈমুংদা কাহুনা লৈরম্লে। মহু উবদা ঙক্কুনা "ইহেঃ! লৈমা য়েংলিঙৈদা খুন্নু কারেদো" হায়না মতোমদা শোঙখি। 'লৈমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাই' হায়বা থৈতৈ পাউরৌ অহু বারী অগিদগীনি।

# য়ুমজাউ লাইরেম্বী

উরা কোক্তোবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মঙমসিদা খুৎকল পাঙলবা শেলোই লংমাইনা লোংমাইকিং চীংদা পানবি শেলোই লংমাইগী নিংথৌ অচোম য়ুংলেম্বনা অহীংদা লোম্না মৈতৈ লৈবাক্তা মরক মরক্তা লাম্দাদুনা ওৎ-নৈবা অসিনা লৈবাক মরা তপ্না পানবা ঙমখিদে। লান শোক্লবগী মতুংদা শেলোই লংমাইগা ঙাই-শেল ওইরবদি ঈ না পানবা য়াগনি খল্লদুনা মৈতৈ নিংথৌনা মজাইবুঙো নাউথিংথোংবু অচোম য়ুংলেম্বগী মচানুপী পেতঙা ফিকলু লৌথিবীগা লুহোংদুনা শেলোই লংমাইদা য়াওং ইলহনখি। মচা মচা পীনদুনা ঙাই-শেল ওইরবা মতুংদদি শেলোই লংমাই কাঙবুনা মৈতৈ লৈবাক্তা পাম অমুক হৌরকখিদ্রে।

অম্মুক্মা চহী কুমজা কয়া হৌদ্রে। নোংমা শেলোই লংমাই মীয়াম্না খুনফম ঙাংচেং, হাওকপ চীংশাং কোই চনবা চৎলি। মঙম অসিদা মৈতৈ নিংথৌগী মনাই কদেম শোইশেনবনা নিংথৌগী হৈঙাং পাক্তা লূ থুমদুনা ঙা ফাদুনা লৈ। শেলোই লংমাই মীয়াম্না খুংলায় পায়দুনা লাকপা উবদা কিরহনা কদেম শোইশেনবনা মশাদা ঙা অপূম্না তৈশিল্লদুনা শিং-শিননহনা লৈরে। শেলোই লংমই কাঙবু অসি মহোৈশানা মীহাৎ কয়া ফজদে। মখোয়না কদেম শোইশেনববু শিরত্রা শিদ্রিত্রা হায়না মখোঙনা কাওদুনা য়েংলম্লগা শিরে খল্লদুনা হন্তোক্লম্লগা চৎখি। শেলোই লংমাইনা অশিববু 'তোংপা' কৌই। খোঙনা অশিববু কাওদুনা

য়েংঙি হায়রূনা 'খোঙতোং' হায়বদগী মকম অদু 'খোম্মীতোক' কৌনখি। শেলোই লংমাইনা চংশ্রবদা কদেম লোইশেনবনা খোগংলক্লুনা কংলা ভান্না চেল্লক্লুনা নিংথৌদা ৱারম পুন্নমক্ হঙংলে। মাদু তাবদা নিংথৌ শাউবনা মৈ কৌরে। মাপী মনাইবু খোঙনা কাওখদি নিংথৌ এবু উশিন্দুনা তৌরিবনি হায়না মপুক্লি'দা খল্লদুনা লংমাইনা লান হুল্লকপদা লমথাংদা হাংলু হায়না মৈতৈ অকল অথৌশিং'দা সনা য়াথং পীখোকখ্রে। মৈতৈ অকল অথৌশিংনা শেলোই লংমাই হাংনবগী দমক্তা মাগা তুরেল খোংমুংদা লুখদুনা লৈখ্রে। শেলোই লংমাই মরাম্না লান তম্লদুনা ময়ুমদা হল্লকপদা লুখদুনা লৈরিবা মৈতৈ লানমীশিংনা চোংথোরকতুনা মায়কৈ মরি খত্তুনা হাংতোক্লে। ময়ামগী মমুংদা মখোয় তরা থবতং নাম্বোক্লুনা চেনশ্রপা চীংথক্তা লোত্তুনা লৈখ্রে। মখোয়বু তান্নবকপা মৈতৈ লানমীশিংমু থিবা ফংদদুনা হলখ্রে। মীয়াম লাকমিন্নবদগী এখোয় তরাদা তাইহৌরেদকো' হায়না চেল্লকপা শেলোই লংমাই তরানা কোম্নদুনা কপখি হায়বগী মকম অদু 'তরা কোম্নচীং' কৌনখি।

চেল্লকপা মখোয় তরাগী মরা তাবদা শেলোই লংমাই পুন্নমক শাউবনা মৈ কৌরে। মখোয়গী অকল অথৌ পুন্নমক মৈতৈনা লোইনা হাংহৌবনা খুদক্তা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবদি তমপিদে। শেলোই লংমাই মীয়াম্না লোম্না বা তান্নদুনা মখোয়দা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা নাউথিংখোংদা মংশক তানসি লেপ্নদুনা নাউথিংখোং হাংনবা লোম্না শরৌ শিন্নরগা ইথঙ থংহৌদনা শেলোই লংমাই ময়াম্না পেতত্তা লিকলু লৌখিবীগী ময়ুম অদু

কোয়শিল্লরে। মপুরোইবা নাউথিংখোং পুথোরকউ, ইপা ইপুগী মংশক তানগে হায়রক্লে। লৌশিং শিংবী লৌথিবীনা করম তৌরগা মপুরোইবগী মথবায় কমশিগে য়েনা ঙাইহাক রাথল তৌরগা হায়জরকই "শেলোই ইপা ইপল! লংমাই হৈবু ইপা পূম্নমক মৈতৈনা শেলোই লংমাই ঐখোয়গী অকল অথো ময়াম হাংখিবগী-দমক ইপুরোইবদা মংশক তানগনি হায়বা অসি ঐস্থ য়াজে। অদুবু শিরমদাই অসিদা মাগা ঐগা পান থরদং ফুত্তুনা চামিন্ন-খিগে। ময়াম্না পান মুনবা ঙাইবা ওইনা ঐগী লৈজবা থরদং অসি চা-থক্কুনা মপান্দা ঙাহাক্তং পোত্থাবিয়ু"। মানা হায়জবা বাহু শেলোই লংমাই মীয়াম্না য়াখিরে, লৌথিবীনা য়ুদা লোম্না য়ু ই হাপচিল্লগা মখোয়দা পীথকলে। মীয়াম্না মপান্দা য়ু থক্কুনা লৈরিবৈ লৌথিবীনা পানগী মহুৎতা নূং ফুংলি। য়ুগী ময়াইদা ঙাওদুনা শেলোই লংমাই মীয়ামদি অশিবা মীগী পান্দমগুম মপান্দা লৌংঙাইবা লৈতনা তুম্নিদৈদা নাউথিংখোংনা খুমগী ফক্লাং হোগায়রগা চেনখি।

মখোয়না ঙাওবা ফরদুনা হোগৎনরকপা মতমদদি নাউথিং-খোংদি ইমুংদা লৈরমদ্রে। মপুরোইবা কদায়দা চৎখিবগে হায়না পেতঙা লিকলু লৌথিবীদা ফু চৈদুনা হংলক্লে। চৈগী চৈনাখোল ফংলবা ফাওবদা পেতঙানা মপুরোইবগী চৎফম তাকখিদে মমিৎ অনি অদু উইশিন্দুনা চৈনাখোল থাঙজখি। শিরবা ফাওবদা মপুরোইবগী মখবায়দদি কল্লমগে হায়না হুজাগী মপূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপঞ্রে। ফু চৈবনা কাম্নরোই খঙলদুনা পেতঙাবু উথোকতেন্দা পুন্দুনা থম্নগা অহৌংদা বৈবুল পায়দুনা পুং য়ৈদুনা শেলোই লংমাই

মীয়াম্না নাউথিংখোংবু ভামরক্লে। নাউথিংখোংদি মপাগী মরুপ খুমন নিংথৌ অতোন পুনাসবা য়ুমোইবগী নাক্তা হোংনেম য়োই খুজাও হায়না মমিং ওন্থোক্লুনা লোংতুনা লৈখি। খুমন নিংথৌনা মচা মুপী কৈক্লুহাংবীবু মঙোন্দা থাক্তুনা খুমন্দা য়াওং ইনহন্দুনা থমখি।

মোইরাংগী ঙাংখ লয়াইদা খোয়োন তেবী তেশাবা কৌবা রাপল আমা লৈরম্মী। রাপল অসি শা উচেক চংহন্দে। রাপল অসিগী রানা রাপল কাম্বা ফরবদি মোইরাং মুংঙাই, ঙাহোং চাক-তোংভি। রানা ফক্ত্রগনা কুমথি কুমগাংঙি, লাইগী খুদম য়েংনফমলি। চিংঙ্ থাংজৌং লাইপাউ মতুং ইমা খোয়োন খুন্থোলেম্বগী মপারি খোয়োন হাওবনা তেশা রাখোং শেং তয়াল মরি থংতুনা রাহোংবা জুমিংতা মোইরাং নিংথৌ সনা বোথ্রানা মতাও খুমন নিংথৌবু রাহোংবা কুম্মৈ য়েংবিরো হায়না চাক কৌই। খুমন নিংথৌনা মপাক হোংনেম য়োই খুজাওগা লোয়নন্না মোইরাংদা চাক চাখ চংলি। রাহোংবগী হরাও কুম্মৈ য়েংবদা মোইরাং নিংথৌগী মমোম নম্বুনচাউবীগা শক থঙ্নখি। রাহোংবা লোইরগা মোইরাং নিংথৌনা মচানুপীবু হোংনেম য়োই খুজাওদা লুহোংবীরে। অওং অতৌল পোংকা লোয়নন্না খুমন লৈবাক্তা থিল্লকই। খুমন চনু কৈক্লুহাংবী অমসুং মোইরাং চনু নম্বুনচাউবী অনি লৌহনা খুমন্দা মতম থরা লৈখি।

উরা কোন্থোবনা শিল্লবদা চহী মঙা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ পানখিদে। শেলোই লংথাই কিবদগী মজাইবুঙো নাউথিংখোং মমিং ওন্থোক্লুনা খুমন্দা লোক্তুনা লৈরে হায়বা পাউ অসি চারহনা মৈতৈগী অকল অথৌ ময়াম চঙ্না মৈতৈ লৈবাক্তা

নিংথৌ ওইবিনবা কৌকয়ে। হোংনেম য়োই খুঞ্জাওনা কৈরু-হাংবী অমম্বুং নম্ননচাউবী অনিগা লোয়নমা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানথি। নাউথিংখোংনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে হায়বা পাউ অসি তাবদা পেতঙা লিকলু লৌথিবীনা মপুরোইববু উ-মগে হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা খনথি। অদুবু শেলোই লংমাই ময়াম্বু কিবদগী মহাক মপান থোকপা ঙমখিদে।

নোংমা পেতঙা লিকলু-লৌথিবীনা হাওম্বুবীগী ফিজেৎ শেন্দ্রুনা ছমদা পান হাপ্লগা লোম্না মপুরোইগা উ-মবা লাকই। সুমিৎ অসিদা হোংনেম য়োই খুঞ্জাওদি থুমন অমম্বুং মোইরাং চম্বু অনিমা ওইদা থোগল তৌদুনা লৈরিবৈদা পেতঙা লিকলু লৌ-থিবীনা হাওম্বুবীগী ফিজেৎতা মৈতৈ নিংথৌ উ-মবা চঙলকই। মশক মতে চঙখোনবী হাওম্বুবী অদুনা মরূ লুক্কুনা চঙলকপা উবদা নিংথৌন মঙোন্দা মুম্না য়েংই থুদক্কা নাংশিংবদি থোকখিদে। লৌথিবীনা মপুরোইবগী মমাঙদা বা মচেৎ অমত্তা ওঙদনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরে। মপুরোইবদু চিংনা য়েংলগা মখিৎ অনিদা অতংপা লৈতনা পিগী উরা শিন্দুরক্কুনা মখোল থোক্তনা কপজিবী সুপী অসি অচম্বা হাওম্বুবী নত্তে, মাবু মথরায় কনাংখিবী পেতঙা লিকলু লৌথবীনি হায়বা খঙলকপদা মৈতৈ নিংথৌ খঙহৌদনা মশা পুম্বা তু চুংখি। শিরম্লগদবা ঐগী থরায় কনখিদুনা ইমা শক্লা মানা ঐবু অমুক পোকপিরবনি হায়কগী য়াথননা লমজিং ওইদুনা হোংনেম য়োই খুঞ্জাওনা সুংশিবা খোনঙমদা কৌরকই, "পলেম ইমা শক্লবী নচাগী নাক্তা লেংশিনাবররকউ। নচাগী য়েংথংদা নফম অসি ইমাগীদমক্তা থাক্কুনা থবজরিবনি"।

মপুরোইবগী মপুক্লিংদা খল্লিবা মুংশিরবা ৱাখল্দু লৌথিবীনা খংবা ওমদবদগী মুপী অনিগী মমাঙদা মাবু য়েংথংবা কমকমদা কমলো কৌশিন্দুনা ইকায়বা পীবনি হায়না শেৱাম্মনা খমখি। থুমন অমমুং মোইরাং চম্বু অনিগী মমাঙদা ইকায়বনা মহাক চুম্না লেপ্পা ওমখিদ্রে। মপুবোইবনা মাবু মুংশিবিদ্রে, ইস্তোকপিরে হায়বগী ৱাখল্লা মাগী খল্মোয় পুবা য়ারক্রে। ইকায়বা অমদি মুঙাইতবনা মশা অহু থক থক নীকলকলে মিৎলুদা অতংপা লৈতনা পিরাং শিন্থরক্লে। মপুরোইবগী মুংশিরবা চেংলৌবু চিংনা য়েংলগা লৌথিবীনা রাহৈ মতেক মতেক্না হায়রকই, "মৈতৈ নিংথৌ নহাক্তি মুংঙাইবা মফমদা লৈহনা হৌখিবা অরা অনা খিবিকস্নু কাউরবোই। মনীং নখা ভম্না নিংথৌ ওইহনা পাল্লবনিনা মীগী অরাবস্নু উবা ফংলরোই। মিৎনা উবা ফংবা মৈরিদ লাইজ ঈশিংনা মুৎথৎপা ঙম্মী। মৈখু থোক্তনা ওমচাক্লবা খল্মোয়গী মৈচাক্তি ঈশিংনস্নু মুৎথৎপা ঙমদে। অরাবা মীতনা অরাবা মশক খঙই। মুঙাইবনা অরাবা খিবিকপু কাউথোকই। নহাক কায়নবদা শিল্থখিবা মিৎকী পিরাং হৌজিক ফাওবা মুজাগী মিৎলুদা কংদ্রি। অহুবু নহাক্তি ঐবু খুদক্তা কাউবা ঙম্মবোই। ঐমক্তনা লাঞ্জরক্লবী নহাকপু থাদৈশেংনা নীংজবমক্তা ওইরবদি শিরমদাইদা নহাকী নথরায় কনখিবগুম মৈতৈ নিংথৌ নখোয়না শিরমদাইদা ঐ লাক লাক্লুনা লৌরগে"। অসি হায়রম্মগা ইবেম্মাদি য়ুমগী য়াঙলেন হোগায়হনা কোরৌ নোঙ্গাখিবী লাইংরেম্বীনি হায়বগী মাগী মমিংবু 'য়ুমজাউ লাইরেম্বী' হায়না থংনখি।

# য়ুম্ফাল ( ইম্ফাল )

মোংমা নুরাং শুরুনা লাইয়াম খুনলিমনবা চৎপদা য়াংদৌ লমখাংদা য়াম্না নংনা কজরবা লিক্লা অমা তিংথৌ মংলান্দা পক্লুনা লৈখ্রু উরম্মী। কজমনগ্রহ্নুনা মানা লিক্লাহু মথুবাক্তা নিকখবদা লিক্লা ওইরমক্রে য়াই ওইরমলে। নুরাং শুরুনা য়াই অহু পুহনা ময়ুমদা হল্লক্লগা মচা পোক্তবী মাগী ভরুকস্নুবী তালোম পুয়াংবা চপু হাওশিয়াংঙ্গা শিক্করম্মী। "মোমনু তালোয় ইকম্বীও! মথংলেন ঐনা ভসি পুরকলিবা য়াই অসি অচম্বা য়াই নত্তে। মোইবুনাই মহাক্না নুনা চেকশিন্ন। থম্নবদি মশারি পোক্তবা পোক্তনি নমোম শাংত্তবা শাংকনি। য়ামজেম নরাইবক কহুনা কল্লিত্তবা য়াই অসিনা নপান্নী ওইরবদি নুরাংগী কম্বাল শিয়গে। নমোম ভইরগনা চামা চামনা খুজিং ওইরগা অঙং অত্তম তম্নহুনা মত্তিক মাপা চাবা নুপাদা লুহোংবিগে। মশাবিগী বাহু তাবদা হাওশিয়াংনো মক্কবায় নুঙাইকহুনা মথংলেমা পীবা য়াইহু শিনো লৈশিংনো য়োমহুনা য়াম্না চেকশিন্না তাবু নুংদা থমবি। নোংমদি ইথং থঙলৌদনা তাবু নুংদা নাউয়ানা মিকপলকপা খোজেক তাহ্নুনা তাবু হাংতোক্তুনা মেৎনুবদা মশাক মতৌ চৎথোলবী নুংশি-রুবী মমোম অমা কঙ্কলে। তিংথৌদা পকনা লিক্লা য়াইওইবনা ওলকা নাউয়ানি হায়হুনা মমোমগী কোলোর মিংলেনবু লিক্লাথীদা নোংদমহু খোল্লে। পলেম মমা ওইবীনা নুনা চাম্না য়োক্কথী লিক্লাবীচা নোংদমহু নোংমা নোংমগী চাউশিনলকপনা লৈশাবী

কাংদোং ফারকলে। মখোমগী কজবা চেংলৌ মশক্তু উবদা শুংশিদবা পামদবা কনাগু য়াওরমদে। লিক্লাবীচা নোংদমগুগী মশক মতৌ কজবগী পাউ অসি পোক্টরে শিনবা থুংগ্রে, তাইবঙ মীনা নস্তনা খোয়ুম লাই ফাউবা তাহনা মাবু য়েংবা লাক্লরে। পাউ অসি পুলৈরোম্বন্থ তারহনা লাকপদা মুরাগী চেংলৌ শক্তমহু উক্লবদা পায়মা খোইজংনা তিল্লাং খোয়দারহনা মপা লুরাং গুরু খংহন্দনা থেমহনা মৌত্রনা মুরাগী পূক্লিং ওনহন্দুনা লোম্না মপামদা লৈনা লৈনা তালোয়শীংদা চল্লে। অম্তুম্না মতম খর লৈরগা মযোমগী পূকমুং ক্ষিয়াংবা, হৈরাং মমি ওথা মওং মতৌহু উবদা লুরাং গুরুনা শাউহনা মথুংতা লাইজ ঈশিং পায়রগা হায়রকই। "ইমোম লাংলেন লিক্লাবীচা নোংদমমুবু হৈরাং লোনচংনা তাউজিং লোমহাইনরিবা নহাক নমু তাইবঙ মীম্না খোয়ুম লাইরা ঐগী ইমাওদা খোরক্লুংবদি থুংতা পায়রিবা লাইজা ঈশিং অসিনা চাইহনা উৎ ওনহনগনি"। লুরাং গুরুগী মতিক খংবা পুলৈরোম্বন্থ লোৎপা য়াদহনা খুদক্তা থোরক্লে। পুলৈরোম্বা উবদা লুরাং গুরু শাউবা য়াদহনা মকোক নোম্না গুরু হায়না খুরুমজৈ। গুরুনা ইমোম্বু পায়ম্না খোয়জংনা তিল্লাং খোয়দাবিরবদি গুরুগী মনাই ওইবিহনা থৌগল ফংহনবিয়ু। অহুগা ইমোম অসিদদি মপারি মমোম মমিংতা উজত্রবী পলেম মমা হাওশিয়াংগী নাক্তা থম্বিয়ু। লুরাং গুরুগী বাহু তাবদা পেনবিয়হনা ওসিদগী নহাক চহী ৫০০ পুনশিরো হায়না থৌজানবিরম্নগা পুলৈরোম্বদি মরানয়াইদা হনখি। মুখিৎ অহুদগী লুরাং গুরু পুনশিবা হায়না খংনখি।

পলেম পম্বৌ অনিনা লুম্না চান্না থমজবী লিক্লাবীচা নোংদমহুনু

হৈরাং মখি তখখিবা লোইদাম থাবুম তরা মপুং কায়রুনা মথংলেনবী চেংলৌ শক মানবা মপারি অমা কংজরে। নুংশিরবা মপারি অমা কংজরবদা পলেম মমা ওইবীদো নুংঙাইবগী ড়মথৈ লৈখিদে। নোংমদি লিক্লাবীচা নোংদমন্নুনা মপা লুরাং গুরুগী তৌবা ঙম্বা মতিক মঙল য়েংগে খল্লরুনা মাঙোন্দা নাউস্নুম অমা শেয়গা মপারি নাউরাদি হিপহন্দনা "ইপা ইবুঙো। নমোমদি লাইজ ঈশিং শোকলুখিগে, মাঙোন্দা শুমলিবা পারি নাউরা অপিশক অসি পঙ্কোনা থরা য়েংবিরম্মু," হায়রগা মপা খংহন্দনা শমু নমদা মপারি অহু পোরগা মথুক্তা পুল পুহনা লাইজ ঈশিং শোকপা চংখি। ঙাহাক লৈরগা ইমুংদা লেংদনা লৈরিবা লুরাং গুরু পুনশিবনা মমোম্না মপান্দা শুয়ম্বা মপারি নাউরাগী মখোল মরা তাদে খল্লরুনা থোরক্লগা য়েংবদা নাউশুমদা মশু নাউরাহু লৈরমত্রবদা লুরাং গুরু ঙকপদা খেংগ্রে। মমোম্না হল্লক্লগা মপারি পীয়ু হায়রবদা ঐনা পীনিংঙাই লৈতরুনা মপারি পীত্রবদি মপারি কায়না মৈচাক্লা মমোম্না কপ লাউবহু য়েবা ঙমলোই খল্লরুনা মকৈবাক্তী তুরৈ তারগা মাঙখিবা নাউরাগী মশক মানবা মম্নু ইবুঙো অমা শারগা য়াইবী মখরায হাপ্তুনা পলেম মমানা থনম্বা নাউশুম অদুদা য়াঙাহল্লে। লিক্লাবীচা নোংদমন্নুনা লাইজ ঈশিং শোকলুরগা মপা খংহন্দনা য়েনথাদা লোমা চঙশক্লগা মপারি লৈরম্নরোই খঙলরুনা মপাদা মপারি নাউরা কদায়দা লৈবগে হংলকলে। ইমোম ইবেম্মা নপারি নাউরাদি ইমোম্না শেয়ম্বা নাউস্নুম থক্তা খোমলেন য়াতরুনা লৈরিবনি হায়রকপা মপাগী রাহু তাবদা ঙক্লুনা মাঙোল তম্না লাক্লগা য়েংবদা মপারিগা চেংলৌ শকমান্না নুশিরবা নাউরা অমা

খোমদেন মাতাঙ্গনা লৈরম্বহ্ মতু উবদা নুজা মাদি ঙকপদা থেংঙ্গ্রে। মপাগী তৌবা ঙম্বা মহিক মঙলহ্ উবদা কিরহুনা মপাগী নাক্তা চঙলক্লগা থুরুম্লরে। "ইপা ইবুঙো! নমোমগী ইরাল ঙাকপিয়ু। ইপাগী তৌবা হন্বা মহিক মঙলহ্ খংডনিংবদগী পল্লৌদা ঙাকলম-দনা নমোম্না পারি নাউরবু লোম্না শমু নমদা পোরগা লাইজ ঈশিং শোকপা চংলি" মমোমগী রাহু ঙাবদা লুরাং গুরুনা মোমোম নেক্লগা ইমোমগী য়ামজেম নরাইবক্তা নপারি অমি ফংজো ভমথিবননি। লাংলেন নহাক্না গুয়ম্বা নপারি অহু য়েংলুবদা লৈরমদ্রবদা ইমোম্না নপারি কায়ংবগী মৈচাক্না লাউ থোংনা কপ্পহ্ য়েবা ঙমলোহ খন্দুনা ইপানা থাংডুথক্তা কৈরাকী তুয়েনা ঙাহ্না নপারিগা শকমাম্না শ বনি। হৌজিক্তি মাঙবা মাদ্রবা নপারি অনি অসি চপ মান্নল। মুংশিনা লুনা চান্না য়োকচরো। ইপানা শাবা নপারি অসিনা ফমেন্দা গুন্বা হনবনিনা। নপারিগী মিংলেনবু মদোল অহল কৌরসি। শমু নমদা পোরিবা নপারি অহুবুনা খোইদোম অতোনবা কৌরো হসি হায়রহুনা লুরাং গুরুনা মপারি অনিগী মমিং থোনবিরবদা জিক্রাবীচা লোংদমমু করাংজরে।

মন্দোন অহল, খোইদোম অতোনবা মপারি অনি অসিনা কাংদোং ফারক্তুনা চেল চোংদুনা শাহজবা ঙম্লরবদা মপু লুরাং গুরুদা মখোয়বু পেকপা মপা ভহরবোক নিংদুনা পম্বো হায়না কেদুনা মনাক্তা শরুদুনা লৈ। নোংমা নোংগী চাউশিহন্তুনা মমাম্নবশিংগা কোয়না চংতুনা শাম্নবা ঙম্নবা মতমদা মমাম্নবশিংনা মখোয় অনিনা পম্বো কৌরিবা অহুদি অপোকপা নপা নত্তে। মখোয়বু পোকপা নপাদি লৈত্রা লৈভবরা মশক থংদে হায়না লক্কবিরবদা

ইকায়খদগী মখোয় অনিনা চেংঙ্কুনা মমাদা মখোয়বু পোকপা মপা কনানো, মমিং করি কৌবগে, মমলেম কৈদা লৈবগে, পঙ্খোৗগী মশক খঙজগে হায়রকলে। "পারি ইবুঙো অনিমক। অঙাং নাউরা ওইরি খন্দুনা ইমানা নখোয়বু পোকপা পঙ্খোৗগী কোলোয় মমিং তাক্কবনি। নখোয়না পঙ্খোৗগী খোঙ্গুল লীরুগে হায়রবদি ইমানা তাকলিবা খোংলম ঙম্‌ংবা ঙসিগী মতুং হন্না চুন্না চৎলগা নুংপাক অংগী মথক্তা যম্বহুনা লৈরম্বা মুপা অহু নখোয়বু পোকপা পঙ্খো ন।" মমানা তাকপিবা মতুং হন্ন মচিল মনাওমা মপা থিবা লাক্লে। মরা চৎলগা মখোয় অনিনা নুপাক্তা ফমহুনা লৈরম্বা পুলৈরোম্বা খেংন্দুনা 'মহাক ঐখোয় অনিবু পোকপা ইপারা' হংবদা খঙনা খঙনা খঙশিমল্লে, মরোল থোকশিন্নদহুনা মখুৎ হাইহুনা নপা নম্ভে খংংল্লে। মচিল মনাও অনিহু শাউহ্নদা মমাগী নাক্তা লাক্কুনা মমাদা রারম পূম্নমক তম্নগা মখোয়বু পোকপা মপাগী তংশেংবা মমিং তাকপিয়ু নত্রবদি শিরগনি হায়রকপা মচাগী রাহু তাবদা লিক্লাবীচা নোংদমন্নু মুংশা থীরক্লে। 'পারি ইবুঙো অনিমক। ইমানা তাকলিবহু অশেংবনি নুংপাক্তা ফম্লম্ব। বা ঙাঙদে হায়রিবা মুপা অহু তশেংবা নখোয়বু পোকপা মপানি, মমিংনা পুলৈরোম্বা কৌবনি। মহাক্না বা ঙাঙ্‌ খাত্রবদি ইমানা পীরিব। উলৈরোম মাপা অসিনা ফুরগা হংঙ্‌ মরোল থোরক্কনি হায়নম্নু মপারি অনিদা তাকপিরে। মমানা তাকপিবা মতুং ইন্না মন্দোন অহল থোইদোম অতোনবা মচিল মনাওদো শাউনা মপাগী নাক্তা অমুক লাক্লে।

যোমদা পুলৈরোম্বনা লিক্লাবীচা নোংদমন্নুগী মপারি অনিহু অমুক হন্না লাক্কুনা হংলগা অপোকপা মপানি খঙখ্রবদি মানা

কোয়ৌ নোঙ্গানবদা মতুং ইনগে হায়রকনি  লৈহৌ হায়বস্থু য়ারোই।
অহুনদি মখোয় অনিমা হংবদা খুম্বা য়াদনবা  বা ভাঙলরোই
খল্লহুনা লৈঙন পাংঙা  কুম্নগা ইরোইগুম্বা  লৈওনবদগী মরৈ
লোমহুনা বা ভাংবা থোক্লে।  মচিল মনাওনা অমুক হম্না লাক্লগা
পুলৈরোম্বদা খুরুমহুনা হায়জরকলে।  ইপা ইবুঙো নহাক অসি
ঐ.খায় অনিবু পোকপা পম্বোন হায়না পলেম  ইমা লিক্লাবীচা
নোংদমহুনা ভাকপিরকই।  ইমাম্নবশিংনা মপা মশক থংদবা মচানি
হায়না লক্লবদ্দা মুংঙাইতহুনা ইপাগী চেংলৌ শক্তম  থংজগে
খন্দুনা লাকচবনি।  অহুম্না মখোয় অনিনা হম্না হম্না হায়জববু
পুলৈরোম্বনা হোইনি মাইনি খু দনা  মরোল থোক্তহুনা লৈরে।
মহু উবদা মচিল  মনাওনা শাউহুনা উলৈরোম মাশানা মপাদা
ফুবদা  মরোল  থোক্লমদবা মপাদো খুদক্তা মরোল থোক্লুনা নখোয়
অনি ঐগী ইচানি হায়রকলে। মচিল মনাওনা ইপাগী নাক্তা লৈহুনা
পম্বোগী নতুং ইনজগে শামা নতেং  পাংজগে হায়রক্লবদা পুলৈ-
রোম্বনা ইপারি অনিমক নখোয়দি পলেম নমাগী মনাক্তা লৈহুনা
ইপাগী ইহুং শিন্দুনা ভাইবঙ চিঞ্জাক চাহুনা নমু পোং শেম্লকখো।
ইপাদি মতম থরদং কোয়ৌ নোঙ্গারুখিগে।  ভাইবঙ মালেম
অচৎ-চৎতা মথবায় পানবা পুম্নমকপু ভাক শেনবিরিবা থৌহ্ নুংফাল
থক্তা ফমলিবা গুরুনা কোয়ৌ নোঙ্গাগবগী শেম শারিবা পুলৈ-
রোম্বদা কোয়ৌ নোঙ্গাবা য়াত্রি মতম বাৎলি হায়না খিংখি।
গুরুগী নুংফালদি য়ুমগুম্না লেংদনা লৈ হায়হুনা নুংফাল লৈবা মফম
অহুবু য়ুম্ফাল হায়নবদগী মমৈথংদা ইম্ফাল কৌনখি।

# ফৌওইবী লাইরেম্বী

১ ভাইবঙ ম'লেমবু শেম্বিরিবা অচৎ-চৎভা মণরায় পানবা পূম্নমকপু ভাক শেনবিরিবা ভাইবঙ মপুরোলগী ময়াথং পুরগা লোইখোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা মভা তরুক্কা লোয়নন। মালেম লৈকোয়বুং শীনবা থুংনা চৎতুনা নমু ভাইবঙ মীগী চানা-থক্কবা মুমা চাবা য়াবা 'পোৎলম চাম্বা, শংনা চাবা য়াবা পোৎশক চামা শেমবিহুনা নমু ভাইবঙ মীদা নত্তনা অচৎ অচা মথরায় পানবা পূম্নমকপু পুন্সি মুংশানা হিংবা ঙমহল্লে। হিংবদা চংবা চান-থক্কবা পোৎ চৈদা নত্তনা শেংনা ইম্নরিবা চরৈ ঘিরোল ফাওবা অমত্তা রাৎতবম থ লাং'বরম্নগা মপুগী থোংনা মপুং ফারে খল্লহুনা নোংমা লোংখোম ফৌওইবীনে, চৌংমুং লৈমা চিংখিংনবী, হাইন্নু লৈমা হাইমিংনবী, খোংজি মুংনাহবম চন্নু লেমলৈ ভারাক ম্নাওইবী, রাকচিং হাওকোনবম চন্নু নিংথৌল মুংগী, তোইবী কোকমিম্নবী অমদি কোংফাংনু কৌবী খোয়মৌ মভা তরেং অসি নমক্লেন লোইভিংদা পূম্লগা পোইরৈ নংত্রবাক অসি অরাং অপা লৈত্রেন্নু ভাই য়াইবী মরাং কাইরে অতুনা লমদম অসি থাদোক্কনা থোংনাং ময়াং লমদা চংলসি হায়না লোম্না রাতাংহনা রারেপনরে। মখোয় তরেৎনা নমু ভাইবঙ শনা খঙহন্দনা লোম্না ভাম্নরিবা রাজু কৌক্র, রাংত্রেন, মারজিং, থাংজীং কৌবা মায়কৈ ভাকলিবা লাই মরিনদি খঙলহনা মখোয় মখোয়না পুরিবা মায়কৈদগী হেন্দোকহনগনুসি হায়না ভাংনরহনা অমুক মুংথিল নুংদাং থাক্কনা কোয়না চৎতুনা মখোয় তরেৎ হেন্দোকখিদনবা চেকশিম্না ভাক শেন্দুনা লৈখি।

ফৌওইবীনা খোয়নৌ মতাশিংগা লোয়ননা অরাং পাংনা লাকপহু উবদা কৌক্রুনা ঈয়ৈ তুরেনগী ঈশিং য়ৈখংতুনা থম্বদা তোর্বান পানা ঈচেল কন্না চেল্লিবা তুরেন্দু ঈরোইরগা মতা তককি ঈরান্দুনা চংখ্রে। ফৌওইবীদি ঈয়াইদা ঈরোইবা হৈতহুনা ঈরাক্লরবদা কৌক্রুম ওন্দুনা তাউথরকপা উক্রোং কোল্লগা কংফান কাথৎলকলে ফৌওইবীদি ঈরানবা ঙমদহুনা ফয়েংদা নুমিৎ নিনি ফাইহুনা তুরেল ঈশিং ময়েং তাবা ঙাইববু ঈশিং হেম্না হেম্না চাউথংলক্লবদা নীংবা কায়হুনা হল্লক্লে। ফয়েংদগী ফৌওইবীনা মথা পাংনা লাকপদা খোম্বীতোক য়ৌরে, মকম অহুদগু ঈশিং চাউরমহুনা উচাম তোংলগা লাকপদা লমপোংগৈ য়ৌরে। মকম অহুদা লুরাং থাবৈ য়ুঙৈশাম্বনা অগা অথক ময়াম পুরক্লগা চংবী লাতোন্দা হাপ্তুনা ফৌওইবী লাইরেম্বীদা কৎলগা ফকলোং তিংথোক্তুনা ফৌ য়ৈহুনা লৈরম্বহু থেংনরে। অয়বা ফৌনা চৌংহুগ শানা পৈরিবা অহুগী মনুংদা ফৌওইবী চংখ্রগা পোথাহুনা লৈথোকখ্রে। থাবৈ য়ুঙৈশাম্বনা অয়েবা ফৌয়াম অহু মনা অসি পানবা শংবাইদা হাল্লগা পোৎপু লোনশিন্দুনা ফৌ হোল্লি। মহাক্না অহেম্না লৈতনা হোল্লকপদা ফৌগী'দ থন্দুনা চোল্লে, ফৌয়াম অহুদি ময়েং ইতা তাখ্রে। নুমিৎ তাহুনা মমশিল্লক্লবা ফাওবদা ফৌদি হোনবা লোইবা ঙমখ্রে, শংবাইগী নারেং তংলে, পোৎপু লেংনমনু তেকলে। বাবনা শদৌ খোংলবা য়ুঙৈশম্বদা মালেম্না মমশিল্লক, ফৌ মাদি হোনবগী লোইবা ঙম্লক্তবদা শাউনিংবনা লুতোন কাখিহুনা অতেক-পা পোৎপু অহুনা চৌংহুম শাবা ফৌগী মথক্তা হোনবগী লোইবা লৈতে হায়না ফুবদা ফৌবৈ মগুংদা পোত্থারিবা ফৌওইবীদো

লৈবা য়াদহুনা মপান্দা চোংথোরকলে। ফৌওইবী লাইরেম্বী উবদা লুরাং থাবৈ য়ুঙৈজম্বদো মথুংতা পায়রম্বা পে.ৎপু অতেকপাহু লংথোক্লগা ইমা লৈ খঙদুনা ফুকবলি নচাগী ইরান ভাকপিয়ু হায়রকখি। নহাক্লা অচা-অথক ময়াম পৈরগা ঐবু কৌবহুদা ল্যাকপনি। হৌজিক্তি নহাক্কী ফৌগৈ চোয়ে ইমা চংলগে হায়র লগা ফৌওইবী মথা মাংকৈ পাংখি। ফৌওইবীনা হেক চংখিবগা চৌংত্রম শারম্বা ফৌহু খংহৌদনা ময়েং তাখিহুনা পোকপদা শংবাইহু থনত্রে। মহু উবদা য়ুঙৈজাম্বদো নিংঙম্মত্রে।

লোইমোম ফৌওইবীনা মথা মাংকৈ পাংহুনা লাক্লবদা খারম পুরিবা চিংঙু থাংজাংগা মৈরম পুরিবা বাংত্রেন খানা চাউবগা লাই অনিনা বা তাম্মগা ফৌওইবীনা লাক্কদবা লম্বীদা চাংজো মাপা লৈত্তবা পাক্লবা ঈপাক অমনা থৎতুনা থমলে। পাক্লবা লাইজ ঈপাক অহু উবদা কম্লা ঈরান সগে খন্দুনা লাইরেম্বীনা তরেৎ তরা পায়মা বাখল তৌহুনা লৈরিঙৈদা বাংত্রেম্মা য়াওরৌ শজিগী মথক লৌরগা ফৌওইবীগী মাঙদা তুবৎ তুবৎ শমহুনা ঈরোইহুনা চংলি। মহু উবদা ফৌওইবীনা "হা ইতা শজি! নহাক্লা ঈরোইহুনা চংলিবা ঈপাক অহু কয়া য়াম্না লুবগে অমুক্তা য়েংবিয়ু" হায়জক্লবদা মরৌ চাউবা শজিনা অথেনবা ঙ শিংদা থুক থুদক কুন্দুনা মরেপ থুমনিং থুমনিং তৌনা ঈরাল্লি। অক্লবা ঈরেন্দনা ঈরে ইঙুনা তাক্লিংবগা ঈরাল্লি। মহু উবদ ঈরোইবা হৈজদবা কিগনবা ফৌওইবীনা ঈরানবা কিহুনা মতা কোক্সেং কৌরগা হি ওইহন্দুনা মথক্তা কাথংলে, কৌক্লাং কোন কৌবা নাপী অহুম্না নৌ ওইবগা, চেক্লা, থম্বাংচাকপু হিনাক্তি শাহন্দুনা লাইজ ঈপাক লানবদা ঈয়াই;

য়োরকপদা থাংজিংনা মোংলৈ সুংশিৎ ওইনা লাক্তুনা হুম্রবদা ঈশিংদা হি লাক্তুনা ফৌওইবী ঈশিং মমুংদা লুপখ্রে। মতম অসিদা নাউংশক্লা চেনশিল্লক্তুনা ম,গী মথাদা কোলহল্লগা য়াম্না ৱানা কংকাল ভাম্না পুখৎলকলে। কংকাল য়োরবদা ৱাঘনখিবনা করম্না লাই ফক্তুবনা ঈশিং খৈজিনলমতুনা য়াইবী থরায় লৌগে থৌরাংবনো হায়না তেংথা নাউওইদুনা কপখি। „ভাইহাক কপলুরগা ফৌওই-বীনা নাউশেক য়েংদুনা হায়বকই, নহাক্না ঐগী থৱায় কনবিবগী-দমক্তা নহাকা ঐগা ভসিদগী থোয়নৌ ইতা শান্নরসি, নহাক্না ঐগা থানরমগন্নুসি। নহাক্কী নথাদ ঐনা কোন্দুনা ঈশিং মমুংদগী কংফাল ভাম্না ক্ষারকই হায়বসি খঙনমবা নহাক্কী নথা অমু শাবা ওইরসনু। নহাক নৈবা মফমদা ঐমু লৈগে।” অদুদগী থম্বুংচাক নাউশেক ভাবা লবুক্তি ফৌওইবী লৈবনা ফৌ থোকই থাজনব্রি। অদুম্না মায়কৈ ভাকপা লাই মরিনা চেকশিম্না ভাক শেন্দুনা লৈখিবদগী ফৌওইবী লাইরেম্বীদা পোটরৈ মৈত্রবাক থাদোক্তুনা চৎপা ভমদবদগী মকম অসি চাবা থকপদ। অৱাৎপা লৈতবা সুংভাই য়াইবী মৱাং কায়বা লমদম ওইখি। লোইদোম ফৌওইবী লাইরেম্বীবু ফৌ-ওইবীনা ইরাং থৌনিরবদি চেংগৈ ফৌগৈ ইচোল্লি থণগোল নাইকোল থল্লি হায়না চহী খুদিংগী ফৌনৌ কারকপা মতমদা ইরাং থৌনিদুনা খুরুম্নরি।

---

# পেনা শেম্মিডৌদা শামুরো য়োই

কুপক্রেং শেন্দ্রেং মচিন মনাওনা মতম থরা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহনা পাল্লম্মী। মনাও মুপা শেন্দ্রেংনা অযুক মুংথিন্দা নিংথৌ ওই। ময়াম্বা কুপক্রেংনা নু দাংদা নিংথৌ ওই। অসুম্বা মচিন মনাওনা শিলোম শিনজিন চাক শেন্দুনা লৈবনা য়েরবা কমানসু লান্দাবা চুম্মদে। থাই নোংজেংবা পিবা হায়বসি শেন্দ্রেংগী অচানবা মনাইনি। কুপক্রেংগীদি মাগুম্বা অফবা মনাক অমত্তা লৈত্তবদগী থাই নোংজেংবা পিবাবু কৌর বৌরগা শীজিন্নরম্মী। মসিদা থাই নোংজেংবা পিবা য় ম্না শাউরে। নি থৌ আমগী থৌগল তৌবদা মহাক নোংমত্তা মমুমদা কুম্বা ওমখিদে। নোং হেক ঙানবগা শেন্দ্রেংগা লৈমিনৈ। মুমিৎ হেক তাবগা কুপক্রেংগী মনাঙ্গা লেঙদনা লৈ। অসুম্না নিংথৌ অদিবু চাক শেন্দুনা লৈবনা মহাক মবুক থম্না চাবা নীংঙাইদনা তুম্বা ফংখিদে। নোংমা মমুমদা কুমলুবদসু মতু হাওনু চাথানুনা নুমিৎ থুদিংগী মমুমদা হল্লক্কে হায়না শাউবদগী লৈফম চাফম থংদে। বংলাদা লৈরে পোথাফম থঙদে, মমুমদা কুমলে মুংঙাইফম লৈতে হায়না মহাক য়াম্না শাউরম্মী।

নোংমা মহাক থবক ইনথাং থরা শু নোমগে থল্লহনা মমুমদা কুম্লই। চীংদগী উম্বুং শীংপোৎ কোকথোং অমা লৌরুই। কোকথোং অনিরক হনগে হোংনরিবৈদা শেন্দ্রেংনা মনাও থাগত্তুনা ফৌরৈ। লবুক্তা চাইহনা লৈরিবা ফৌ অহু কোকথোং অমথক চেন্দুনা হোল্লুরে। কোকথোং অনিরক্কং হোনগে তৌরিবৈদা

কুপক্ৰেংগী মনাইনা কৌবা লাকই। অদুগা নিংথৌ মচিল মনাওনা থাঃইক থাবিকুনা হেক হেক কৌরবসিদা মহাক থবক শুবা য়াম্ৰে। মহু উবদা মহু হাওনু চাথানুনা শাউরনা হায়রকহ. "নহাক্না অদুক মুংথিল মুংদাং থাক্কনা নিংথৌ অনিবু শঙহনা লৈবসি খিং তোক্লো। নচানুপা হাওদোংখু, নচানুপী হাওদোংহন য়োকপম্মু নথাক নোংমতা যাওদে। নহাক্তি নচা চরা হেল্লমগনি মুপী রারমগনি হায়বগী খাবা লৈতে। অনা অয়েক য়াওরমগনি হায়বম্মু খন্দে। নচা অনি অসি চাউমবা য়োকপদা ঐদি চাকম থককম থংত্রে নচাবু য়োক্কত্রা, ইমুংগী থবক ইনথাবু লোমংত্রা, ঐ তৌকম খঙত্রে। চাংদগী শাং চল্লে, ঐনা মচল্লে। লবুক্তুগী ফৌ কোকথোং পুবা তারে ঐনা মপুরে। পাঙগী জা কারে, ঐনা মকারে। ইচাশিং অনিনা চাউহনা ইতেঙ পাংগনি হায়বম্মু লৈতে। নহাক তৌরা নিংথৌ শাদোকপা য়াদে হায়হনা লৈখোকত্ৰে। নঙগী ননাক্তা অদুক রানা লৈগদবগী শরুকপুদি ঐ হপাদদা চংচত্রগে। অডাং অনি অসি ঐখোয় অনি অমমম য়েন্নসি। মচানুপা হাওদোংখুনা নহাক য়োকহৌরো। নচানুপী হাওদোংহনা ঐ য়োকলুরগে"।

মতুগী রাহু তাবদা খাই নোংজেংবা পিবানা চুমই হায়না খল্লি। 'পেমা হাওনু চাথানু। মহাক শাউখিগম্মু। নিংথৌগী য়াথংনা কনখিবনা ঐ য়ুমদা কুপ্পা য়াদহনা তৌবনি। নিংথৌ অনিগী খনুংদা অমদি হাংতবা য়াদ্রে। মুংদাং নিংথৌ ওইরিবা ময়াম্বা কুপত্রেং অসি মবুক কত্তে, হাংতোক্লসি। মা শিরবদি মনাও মুপা শেম্রেংনা অবুক মুংথিলদদা নিংথৌ ওইরগনি। অদু

ওইরগদি ঐন্থ ঙুমিং হেক তাবগা যুমদা কুম্লকপা য়াগনি। ঙুমিং খুদিংগী ইচাশিংগা চামিন থকমিন্নরগনি নঙগী থবক ইনখাংদন্থু নত্তেঙ পাংবা ঙম্লগনি। অদুনা নহাক হুয়েংদি নপাম নোংমাইজিং চীংদা চত্তুনা লিরুং তেন শানবা রা নীরুংচা।" অসি হায়দুনা মাগী মুপী হাওনু চাখান্থুবু মপামদা থাখি।

হাওন্থু চাখান্থুনা মপামদা লাক্তুনা মপাদা লিরুং তেন শা-নবা রা পীয়ু হায়ররে। লিরুং তেন শাবা য়াবা রাদি নোংমাইজিং চীংদা হৌদে হায়দুনা মপানা রা পীরক্তে। হাওন্থু চাখান্থুনা মমাগা পোকনিন্নবা মন্দোংপচা ওংবা কুয়াপ নিংথৌ থোংখোংদা রা নিবা চংখি। কুয়াপ নিংথৌনা কোকপা চীংদগী লিরুং তেন শা-নবা রা খল্লগা য়াম্দুনা পীরকই। রাদুনা লিরুং তেন শাবা লাক-নরিজৈদা খাই নোংজেংবা পিবা কংলা কাদ্রে। নিংথৌনা মী থারক্তুনা কৌরবস্থু মহাক লোত্তুনা লৈরে। খাই নোংজেংবা পিবানা ঙুমিং মত্তানি চত্তুনা লিরুং তেন শারে, তেনজ্রিন্দা হু জৈতুনা ঙুংশাদা কৌদোক্লে। হু জৈবা তেন ময়াম অদু তেন্দোংদা হাপচিল্লে। মহাক নোং তানবদগী ঙুমিং তাবা ফাওবা তেন কাপ্লা তমদুনা লৈরে ক পা কাথিদ্রে।

মোংখা মাগী মুপী হাওন্থু চাখান্থুবু পুলদা ঈশিং শোকন্থুচো থারম্মী। হাওন্থু চাখান্থুনা মকোক্তা ক্ষেঙ্গা শারগা ঈশিং য়াওবা পুল পুদুনা মমুমদা লাকপদা খাই মোংজেংবনা তেন্না তম্বদা পুল কায়দুনা ঈশিং যুরে। নোংমনা শুগাংদা ফৌয়া থাদুনা ফৌ ফৌই। ফৌয়াদা তোংদুনা ফৌ চারিবা শেন্দ্রোংদা তেম্না তম্বদা পাল্লে। নোংখা ঙুমিং অমনা মতগী মনাদা য়াম্লিবা চোমাং

অহুদা তেম্মা তমহুনা চোম্লাং ককলগা লৈপাক্তা থাদৈ। নোংমা অমনা চাক চয়োম পুহুনা লবুক্তা শাভানবা চৎলি। লৌদা চঙবা শা উচেক হাংকদবগী লুমহুনা লৈবে। লৌ চারিবা ওক অহু চাগদবগী চাউরবা লাইরেন অমা লাকপা উরহুনা তেম্মা তমহুনা লাইরেন অহু হাংভোক্লে। মহুদা মহাক মাম্মা হুমাওরে নিংথৌ হাংপা ঙম্লগনি থক্লে।

অসিদগী মহাক্না তেন্দোং নমদা পোহুনা মথুত্তা লিরুং পায়হুনা লোম্না কংলা তাম্না লাক্লে। নিংথৌনা কংলা কারকদবা লম্বীদা লুমহুনা লৈরে। থুমিং তারক্লবদা মনাও শেন্দ্রেংনা মাগী মতম লোইরহুনা মযুমদা কুমথ্রে। কুপত্রেংনা শগোল তোংহুনা কংলা কাখংলকপহু উবদা থ্বাই নোংজেংবা পিবানা মথুক্তা পায়রিবা লিরুং অহু লৌরি চল্লে। হু তৈবা তেন অমা শৎলগা তেঙ্গা থোংহুনা কুপত্রে' তম্না তেল কাপলকলে। তেলনা কুপত্রেংদাদ পান্দনা মানা তোংলিবা লাঙ্গোই শগোন্দা পাল্লে। হু তৈবা তেগনা থাহুনা শগোল অহু থুদক্তা শিরে। মত্তু উবদা কুপত্রে দি মথরায় হিংনবা মথা পাংনা চেনখি। থ্বাই নোংজেংবনা তাম্নহুনা তম্না তম্বদা কুপত্রেংদদি পান্দনা উদা পান্দুনা তোক্লে। কুপত্রেংদি মোইরাং তাম্না চেহুখিহুনা থাংজাংগী মনাক্তা লোত্তুনা লৈখ্রে। মরাম্বা হাংকদবগী লান হৌরক্লে হায়বা পাউ তাবদা শেন্দ্রেংশু চনখ্রে। কায়নৌ চাংশোম্বা হায়না মমিং ওম্বোক্লুনা নোংমাইজিং চিংদা লোত্তুনা লৈখ্রে।

নিংথৌ মচিল মনাওনা চেনখ্রবদা মৈতৈ লৈবাক অসি নিংথৌ চইবিলবা লৈত্রে। নিংথৌ পান্দহুনা লৈবাক অসি মাম্না বানরে।

থারূপ অশৈশবনা ভুংদা পেনা খোংলে। থাংজীংনা য়াওদা খুং খোংহুনা লমজিংলে। মায়কৈ ওাকপা লাইয়ামনে মোইরাং লৈমরোল ভরেং, কমদো নিংগৌ ময়াম্না কুপত্রে গী মতুং ইময়ো অম্মুয়া ময়ামগা লোয়নহনা কুপত্রেং মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওটবা লাক্লে। য়াঙ্গোই কারোং য়ৌরকপদা লৈমুং থারূপ অশৈবনা খোংলিবা পেনাগী তেলথল অদু নানথোক্লে। তেলথল শেম্নগা অমুক খোংলে, পেনাগী চৈজিং হিক্তোক্লে। চৈজিং হাপচিল্লে অমুক খোংলে, পেনাগী শামৈ ভংলে। শামৈ শমলে অমুক খোংলে, পেনা মখোল থোক্লে। অমুম্না পেনা শেম্মিঙৈদা কুপ-ত্রেংদি লেপ্তুনা চংখিহুনা শামুয়ৌ য়ৌগ্রে। পেনা য়াওত্রবদি চংলোই হায়দুনা কুপত্রেংদি চংসি য়াত্রে মকমত্তুদা কমত্তুনা লৈগ্রে। ময়ামম্মু লম্বী লমখাং শামুয়ৌদা লৈমুং থারূপ অশৈবা লাকপা ওাইত্তনা লৈরে। লৈমুং থারূপ অশৈবম্মু পেনা শেমহুনা অহুম লৈখিবনা মুমিং তাথোকপ্রে। কুপত্রেংনা ঐদি মকম অসিদা অম্মুম লৈরগে হায়হুনা চংসি য়াত্রে, শামুয়ৌদা শামুয়ৌ লাকপা ওইহুনা লৈপ্রে। মানা চংসি য়াত্রগা ময়ামম্মু শাউহুনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লগ্রে। "পেনা শেম্মিঙৈদা শামুয়ৌ য়ৌই" হায়বা মৈতৈ পাউয়ৌ অদু বারী অসিদগীনি।

---

## হিয়াংথাং লাইরেম্বী

হৈবোক চীংদা পানবা হৈবোক নিংথৌ অসি লাইরা তিলক্কা মুওবা হৈবদা মতমত্তুদা শীংথানরিবা নিংথৌনি। মহাক্কা অহল

মতম অইখিল্লুক্লবা মাঙবদা খমিত্তু মপানি মমোম অমত্তা, উরক-অবদা মোমনু ভাপোয় হিরৈমক্লা চিংঙু, লাইথোং খুদিংদা চংতুনা হৈরাংলৈরাং কংতুনা মপানি পোকচপে নৌজখি। নোংমদি হৈবোক নিংথৌগী খোমলেন মঙলানচাম্মা-লাইরেম্বী অমনা ঐ মথোম ওইনা পোক্লগে হায়রম্মী। মতম-থরা লৈরগা হিরমা অমি হৈরাং মখি ভমংগ্র। পাউ অসি তাবদা হৈ মাকনিংথৌ মথবায় সুংভাইরে। লোইদাম থাবুম তরা মপুং ফাবগা হৈরেনা ইবেম্মদো মশক মতৌ ফজরবা মমোম অমা ফংজরে, মমিংনা ঈরাই লৈমা থোন্নে। পলেম পম্ভৌ অশিনা তাঙনা ফংজরবা মমোমদো চানিংবদা চা, শেংবা বদা শেংতুনা যম্মা কেথোক মৌথোক্লা যোক খি। ঈরাই লৈমা অসি মশক মতৌ ফজবদা মঙমহুদা মমিং চৎপা মাবু উবদা মী পুম্নমক য়েংনিংদবা মাঙদে। অঙাং ওইরিঙৈগী তৌনা অহাক্কি তরা চাকমাঙ চাউ চাদে চরৈ ফিমন শেৎলু য়াদে। মতম অসিদা খুমন লৈবাক্তা খুমন কোকপা কৌবা যম্মা খুংকন পাঙনবা মাঙক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা পাম্মী। তাইবেম্মা শাবা 'হ যাং' কৌবা হি অম্ভু মহাক্লা চৎপা খুদিদা তোংতুনা চৎলি।

নোংমদি ঈরাই লৈমনা মমা মপাগী য়াথং লৌরগা লিরা ভুরেম্না ইল চিংগ্লনা ভা ফাই। মতম অসিদা খুমন কোকপনা মনাই মশগ কনায় লোয়নদনা হি য়াং তোংহনা লিবা ভুরেল খোংসুংদা শাদানবা লাকই। শা অমত্তা ফাদনা হি হোন্দুনা অদুম লাকপদা ঈরাই লৈমনা ইল চিংলিবা মকক অহু য়োরক্লে। মনাক মতৌ ফজয়বী ঈরাই লৈমবু উবদা খুমন কোকপা অমিং

পুরকসি। অশুম্বা খুমনগী অকম অথৌ মরামশা রা তানহনা লেপনরে। নোংঙাম্লগা খুমন মীরাম্বা হৈজিং থরাই পুনবা হৈশিং সুনা লৈশিং সুনা হাপলগা হি তোংচুনা হৈজিংপোৎ পুহনা কারকলে। কাওরেল বণ ইরোই কয়াম্ব হোইঙনা পুরক্লে। অসুম্বা হি তোংচুনা লাকপনা লিবা তুরেলগী হিথাংকমদা হি থারগা মখোঙনা হৈবোক নিংথৌগীলেফম তামা লাকলে। খুমন মীরাম্বা হৈজিং থরাই পুরগা খুমন কোকপনা তুংদা মনাইশিংগা লোয়ননা চঙলকপহু উবদা হৈবোক নিংথৌ থোরক্লুনা তরাম তরাম ওকচখি। হৈবোক নিংথৌনা কনাগীদমক্তা হৈজিং থরাই পুরক্লিবনো হংলক-লবদা খুমন কোকপনা নমোম ইবেম্মগীনি হায়না খুমকই। মাবু লৌগদবা সুপাদি কনানো হংলক্লবদা খুমন কোকপা ঙাইহাক তুমিম্না লৈরুরগা ঐ ইশাগীনি হায়না থৌনা ফনা খুমকই। খুমন কোকপগী উশিংথঙইদবা পাউখুমদো তাবদ হৈবোক নিংথৌ শাউনিংবনা লুতোন কারবম্ব অহল ওইরে থম্মুনা উশিংতহনা তৌরিবনি থঙলহনা অশাউবা উংখিদে।

"খুমন কোকপা নহাক্না ইমোমবু পাম্মা থোয়দারবদি ননাই অমত্তং থারক্লুনা মপা ঐঙোন্দা হায়রম্লবদি ইমোম অসি নঙোন্দা থাজম্মগদবনি। ঐগী ইবা তাদনা ফশানা হৈজিং থরাই হেক্তা পুহনা লাকপসি হয়েল লানশিংনবা মাল্লি শামান ইমাম্মবশিংগী মমাঙদা ইকায়। অচুনা নোংমা নংগী নহুং শিন্দুনা-ননাই অমা থারকউ। ঐসু ঐগী ইমোমগী মরা মপাউ হংলমখিগে। করিগুম্বা মশানা য়ানিংলবদি নঙোন্দা থাজগনি। ওসিদি নহাক্না পুরকপা হৈজিং থরাই পুম্নমক অসি পুহনা নমুন খুবন্দা হঙ্লো। হৈবোক

নিংথৌগী রাত্র তাবরা খুমন কোকপগী মপূক্কিংদা কক্লিহু নাচুংশিদে। নযোমগী মমক্তা হৈজিং খরাই পূরককম থোকই হায়না এমি পুরক্লবনি। পুরক্লবা হৈজিং খরাই অসে লৌশিনগে লৌশিল্লোই নহাক্তা মনীংনি। মসি এনা খুমদা অমুক পুরকপগী কাম্রবা-লৈতে। নহাক্তা এহু খুমদা কল্লো হায়রবদি নযোম পুথোক্লুনা এমী ইথুস্তা শিন্নরো, মাগা লোয়ননা এ খুমদা হনখিগে। নযোম পুত্রবদি এ ইভোমন্তা খুমদা হনবা য়াদে হায়রক্লে। খুমন কোকপগী উশিংতবঃ রাভাং খওইদবা মিৎয়েং মহু উবদা হৈবোক নিংথৌ শাউবনা মশা থক থক নিল্লক্লে। "ইকায়বা খওদবা নভোন্দা কন্নিগী ইযোম থাজকুনি। এনা লান্দবা মক্তা ওইরবদি নঙনা পুরকপা হৈজিং খরাই, ষণ ইরোই পুম্নমক থোহ নূং ওল্লো হায়না চৈরক্লে। চৈবোক নিংথৌগী মীচৈ ক'বদা মখোয়না পুরকপা কিরুক, হৈজিং খরাই, লুকমাই, থুযোক্তম নত্তনা কাউরেল ষণয়াম ইরোম পুম্নমকশু খুদক্তা থোহ নূং ওন্দুনা লৈমায়দা তারে। মহু উবদা খুমন মীয়াম পুম্নমক কায়ঠনা চেন্নখ্রে। খুমন কোকপশু ইকায়বা অমদি অকিবগা লোয়ননা রা মচেৎ অমত্তা ভাঙলমদনা মরু লুক্তনা মযুমদা হনখি। মযুম য়োৎগা মহাক খুমন মীয়ামগী মমাঙদা ইকায়বনা তুম্বা চাবা চঙখিদে। ঈয়াই লৈমনু ফারগা ভালোয় শীংদা চন্দুনা লমম খুমগে হায়না মপূক্কিংদা চপ য়ুংনা লেপখি।

নোংমা খুমন কোকপনা তেবা পান্থৌগী মরু ফুরগা চারুবদা রাংলৈ মু.থকপগুম মকোক ভাওহনা অফ যত্ত রাথল তুংওইনরে মশাদা অকি-অখঙ লৈখিত্রে। ঈয়াই লৈমমু ফারুগে হায়না

মপুম্নিংদা চপ চুংনা 'লেপলহৌনা' হায়রি' মশক্ কনাশ্না লৌম্নদনা হিংখাং কৌবা হিহু তোংহৌনা হৈবোক নিংথৌগী মশাইকোদা তম্না লাকিলে। মুখিং অত্তু ঈরাই লৈমন্দু হৈবোক চাংগী নাপোমদা শাংলিবা লৈমায়হৌগী ময়ক্তা চঙহৌনা লৈ হেক্কুনা লৈ। ঈরাই লৈমমু উবদা মানা লৈ হেকলিবা মফম অদু তাম্না খুমন কোকপনা হি হোনজিল্লক্লে খুমন কোকপা লাকপ উবদা ঈরাই লৈমদি চেল্লকখ্রবা থঙহৌনা ঙাইহাক য়াথল তৌহৌনা লৈরিবৈঙদা কিনা মনাক নকশিল্লক্লে। মানা মখুৎপোমদা চেল্লবদি লমখাংদা মাবু ফাগিবা যাই থল্লহৌনা লাই পাম্রা চাংজিল তম্না চেল্লকলে। তুরেল তুথুল ইনা হি হোন্দুনা তাম্নবদি তাম্নবা ক'লোই থল্লহৌনা খুমন কোকপনা হি অদু লৈরাইদা চিংথ-লপা চাংমা তম্না হোনজিল্লগে থল্লক্লে। মক্লোক ঙাওবনা মথিৎতা মশেং মরাং উরহৌনা চাংখোঙ তথয়া থুংনা তুমনৌনা মপান্দা ঙৌনা শাংলিবত্রবু লাইজ ঈপাক ওই- রবোই থল্লহৌনা মফম অদু তাম্না হি ইন্দুনা পুরক্লে। মহাক্না তু নৌ মরক্তা হি ইনবদা মখোঙনা তুমনৌ মতোল অতুম্বনা যুবত্তবু লেম্লে ঙাসেপ মচিনা যুানি হায়না থল্লহৌনা লুকথরগা ঙাসেগ কাগদবগী থিগ্লল ক্লরিবৈঙদা ঈরাই, লৈমদি লাই পাম্রা চাংজিল য়োক্লে। অম্বাপ্রদা মমোমবু ফাগদবগী তাম্নরিবদু হৈবোক নিংথৌনা উবদা শাউহৌনা খুমন কোকপগী-মনাক তাম্না চেল্লক্লে। খুমন কোকপগী মমাঙদা লেপলগা "হায় খুমন কোকপা! মশানা মাদবা ইগোমবু নমহৌনা ক্লগনি হায়না হি তোংহৌনা তাম্নরিবা. নঙগী হিহু নুং ওল্লো, মখুংতা পাম্নরিবা নৌ চৈঙাক অদুম্না উ-বা ওইনা হৌরো হায়না চৈরকপা হৈবোক নিংথৌগী মীচৈ কংবনা মানা তোংলিবা

হিহু নুং ওলে, নৌ চৈঙাক অহুম উংবা ওইনা মকমহুন্দা লৌরে। মহুক উবদা খুমন কোকপা শাউবনা ভাংক লিলগুম ক্রি ক্রি কান্নহন্না হৈবোক নিংথৌবু মথুংনা কারগা য়াইবী মথবায় লোগে থম্মহুন্না অকিবা নৈতনা হোৎচিল্লক্লে। মহু উবদা নং নশাম নুং ওল্লো হায়বা হৈবোক নিংথৌগী মীচৈ ফংবদা থুদক্কা খুমন কোকপহু নুং ওন্দুনা মমাঙদা চপ লেপ্তুনা লৈরে। মপা হৈবোক নিংথৌনা শাউহুনা চৈবদা খুমন কোকপনা নুং ওল্লিবহু ঈরাই লৈমনা অরাপ্পনা উবদা মপাবু কিবদগী মহাক চাংচেপ্পা লোংতুনা লৈপ্রে। হৈবোক নিংথৌনা মমোমবু কৌর কৌরদুনা খিরকপহু ঈরাই লৈমা তানা তানা খুমাখস্রে। মমোমবু থিবা ফংলক্লবদা হৈবোক নিংথৌ মথবায় লুংঙাইঙনা ময়ুমদা কল্লক্লে, মমোমগী থল্লুবদা তুম্বা চাবা চঙখিদ্রে। মুখিং তাশিল্লক্লবদা ঈরাই লৈমদি লাই পাপ্রা চাংজিন্দগী থোরক্লগা লিবা তুরেন লান্দুনা লাক্লগা সরাংথেম লুরাংবগী ফোগৈ মথাদা চঙলগ লোংতুনা লৈপ্রে।

নোংঙাল্লগা সরাংথেম লুবাংবনা মোমন্নু তালোয় থোইদিংজম চন্নু অমুরৈ পুরগা লবুক্তা লৌকুম্বা চৎখিবগা ঈরাই লৈমনা কৈ মথাদগী থোরক্লগা ইমুংদা পোৎচৈ চাইরিবহু লোইশিল্লি, ঈশিং শোক্লুনা থম্মী। অমুসু তারমদাইদা মখোয় অনিনা ময়ুমদা হল্লকপদা ইমুংদগী লৈশাবা অমা থোরক্লগা কৈ মথাদা চঙখিবহু লুবাংবনা অরাপ্পদা উই, মাগী মুপা অমুরৈদা উবরা হংবদদি উদ থুমই। নোংমদি মহাক মতোমতা থরা ওম্মা লৌ কারকপদা কৈ মথাদা ঈরাই লৈমনা চঙখিবহু তংংমা উহৌরবদা

লুরাংবগী মপূক্লিংদা চিংনবদা নত্তনা অকিবা পোক্লক্লে। খোয়ুম লাইরা মমু তাইবগ মীরা অশেঙবা থওলগে থল্লহুনা মামা কে মখাদা চঙহুনা থিবদা ক'ত্রে। লৈশোঙুম্না লৈপাক ইনখৎপা মফম অমদি থেংনরে। মহু উচ মথুল্লা শবী মথুল্লা চিংনহুনা লৈপাক হাইদোক্কুনা য়েংবদা লাইরেম্বগী ফিমুংগী কায়াৎকুম কজনা লৈবহু উবদা 'হি মসিদি ঞবিনো' হায়না ঙক্কুনা হন্দোক্লগা লোম্না য়েংহুনা লৈরে। মাগী তালোয় অমুরৈ কৌশিন্দুনা য়েংহল্লে। হয়েং নোংঙাল্লগা থুলগী অহৈ অশিং মাইবা মাইবী কৌরগা য়েংহল্লগ থন্দুনা লৈরে। শা উচেক হূই হৌদোং চঙবা ঙমদনবা মফম অহু য়াম্ন চেকশিন্না থাজিন্দুনা থমলে। লুরাংবগী মপূক্লিংদা করি ওহরিগবা হায়না চিংন চিংনা তুম্বদা মাগী থোম্লেন মঙলানচান্দা ঈরাই লেমনা লাইরেম্বীগী মশক লৌহুনা লাক্লগা 'হা লুরাংবা ঐ ঙসিদগী নহাক্কী শাগৈদা তিল্লবনি, নহাক্কী নযোম ওইরবনি' হায়রক্লবদা হবেম্মা মাদি মফম মরাং খঙদনা মাঙথোকখ্রে, লুবাংবসু থুদক্কা মিকপ থোরক্লে। অহুবু অহীং অহুদা মাগী মুপী হৌদোক্কুনা মঙগী পাঙ্ত তমখিদে নোংঙানবা ঙাইহুনা লৈখ্রে।

নোং হেক ঙানবগা সয়াংথেম লুরাংবনা শাগৈগী অহল-লমন ময়াম কৌরগা মাগী মমঙগী রাহু তমহুনা তামরে। রাফম অসি শাগৈ ঐখোয়তনা লেপ্পা ঙম্নরোই লৈবাক নিংথৌদা থঙ্হল্লসি হায়না খন্নরহুনা পোইরৈ নৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগী সনা মাক্লা চঙহুনা লুবাংবনা মমঙদা লাইরেম্বীনা হায়রম্বা বারেম পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা তবলে। মাগী রাহু তাবদা নিংথৌনা লৈবাক্কী

## খণ্ডশিনগদবা ঃ—

খুমন কোকপনা তোংবা তাইরেম্না শাবা হিংযাং কৌবা হিবু থাংই হায়হনা মকম অহবু 'হিয়াংথাং' কৌনখি। হৈজিং থম্নাই পুরকপা নুং ওনখিবা কিন্ডারুক, থরাই, লুকপা যণ ইরোই পুম্নমক অহু মতম কুইনা হৈবোক চৌংগী চাংয়াদা তাহনা লৈরম্মী হায়না উচেৌবা অহল-সমনশিংনা তাকপিরম্মী। ১৯৪৪ গী জাপান লান্দা মিলিটরীনা চাংয়া খোংতোক্লুনা লম্বী শেম্বা মতমদা হায়রিবা নুংগী পোৎচৈশিং অসি থুগায়হনা মাঙ-হনখিবনি। খুমন কোকপগা মানা তোংবা হি অহুগা নুং ওনখিবহু হৌজিক কাওবা মচেৎ থরদি হৈবোক চৌংগী মথা থংবা তখেল লম্বন কাচিন্দা লৈরি হায়নৈ। মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লাংথৎবান্দা কোম্নুং শেমহনা নিংথৌ ওইরবদা কোম্নুং অমা লৈরগা তুরেল চেন্দবদি ফজ্জে থম্মহনা লিবা তুরেলগী মরিম অহু তেংথোক্লুনা পাক চাউহনবদা মতুনা হিযাংথাংদগী হাওবম মরক কাওবা তুরেল তৌখি। হাম্না বাইশেল পুম্লেপান তানবা চৈহল কৌহ্রনা চেল্লম্বা বাইশেল মরীল অহু হাওবম মরক্তা খি লগা মখুল তুরেল অসি হিয়াংথাং লোমদা নৌনা চেনহনখিবনি।

---

অথঙ্ক তৈহে মাইবা মাইবী মথাম পুথরক্কুনা য়েংহনবদা থাঙ্গেশেংবা লাইরেম্বীগী খুভম্নি থম্লে। নিংথৌনা খুদক্কা মুথেল লোংলম লাক্তুনা হৈরাং-লৈরাং কৎতুনা মাইবাবু লাইমাঙ্গ কমথুনখুমথ লুবাংবগী খোমলেন মঙলানচান্দা হায়রম্বা রাশিং অমুমক মাইবীনা লাইশাউ ওইনা কাওরক্লে। মতু ভাবদা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বনা লুবাংবদা নঙগী লাইরেম্বী ওইকরো ভাকপীখি। চহী খুদিংমক সরাংথেম লাইগী অনৌ অপেন লাংতুনা চাকলোন কৎচৌ হায়রম্বু সনা মাথং পীবিখি। মুমিৎ অতুদগী হৌনা লাইরেম্বী অসিগী মমিং 'ছিয়াংথাং লাইরেম্বী' খোনখি। সরাংথেম লুবাংবনা কৈক মথাদা উবা মুমিৎ অতু লমতা থাগী নিংথৌকাবনি। মাইবা মাইবীনা হৈরাং-লৈরাং কৎতুনা ঈরাৎ থৌনিবা মুমিৎ অতুনা লৈপাকপোকপনি। সরাংথেম লুবাংবগী মচানুপা অমত্তা পোক্কবদগী মচানুপী অহল চুংখাম ওংবাগী মপুরোইববু মুমিৎতুদা অপানফম হাপখি। মাবু নিঙোল মরা পিবা হায়না খঙৈ। চুংখাম ওংবী মচানুপী অহলনা মপাদা হায়জদুনা লাইরেম্বীগী চহৈ নমথাং কৎচখি।




লোইরবা

